# অহিংগী অতিয়াদা

## (শেরেং)



অইবা ঃ—

ঙাঙোম ধনঞ্জয়

অফোংবা : ডাঃ ঙাঙ্গোম ইন্দ্রকুমার সিংহ

অইবা : ঙাঙোম ধনঞ্জয়

মথুম যেকপা : য়েন্দ্রেম্বম রনধিরকুমার সিংহ

মথুম নম্বা : ইঃ কিশ্বরচান্দ সিংহ

কোপী মশিং : ৫০০

মমল : লুপা ২৫/—

ফোংবা : সেপ্তেম্বর ৩০-১৯৯৬, নিংথৌকাবা

# 'পাক্লবদে খরদং'

ঐনা থল্লই ! ধনঞ্জয়সিবু করিনো ? মতম পুম্নমক্তা তুমিন-তুমিন উংহনা লৈ ।

অসুম্না থন্দুনা লৈরিঙৈদা নোংমদি থারপ, তৌবা শৈরেং চবুনগী খুৎই লাইরিক অমা পুদুনা লাকই । পাড়না যেংলে । থন্সোযদা মুংঙাইবা পোকই । ঐনা থল্লকই, মানা নহালমথৈ মদোম উংতুনা লৈরিবতুদি বাহৈ লৈতেংগী ফজবা শৈরোল শৈদা থিন্নীবোইর । মাগী নৌবিবা কোক্লম্ব ঈনিংবগী বাখলনা ঈহৌরক্লমালে । মোম্রংগী তাইবং অমদা তাওখিবদে উংলিমাল্লে ।

অতুবু ঐগী ঈমাক, ধনঞ্জয না ঈবিবা শৈবেংশিং অসি হৌজিকী মতমদা ঈনন্নিবা অনৌবা যাওলগী ঈচল অসিদগী লাপতক্লা লৈ । ঙসিগী শৈরেং ইবশিংগী খোংজৈদি যাম্না মনিং তাম্ন । বাহৈ পরেংগী লৈশি লৈথোল যাওদনা অনিংবতু হেক্ত ফোংদাক্লে । বাহৈ অনি অহুমদংনা শৈরেং, বারেং, বারিমচাওম্না ইবা শৈরেং, মখল মথেল কযা লৈপ্রে । শৈরেং অশাংবা, শৈবেং পিকতু, শৈরব বারেং, মনিং তম্বা খুৎইগী মনিং তম্নবা শৈবেং কযানি । অসিগুম্বা মখলগী শৈরবংশিং অসিদগী নৌবিবা অইবসিগী "অহিংগী অওয়াদা" লাপতক্লা লৈবি । অহিংগী অতিযাদা ঙাল্লিবা থা, থরানমীচাক্লা মঙালনা কদাই কদাই যৌনা শন্দোকপা ঙম্বগে ? থম্মোয় কয়াবু ফাওনোকহনবা ঙমগদোরিব্রা ? থম্বনিংঙাই ওইরি । অইনসিনা অসৈবা সঞ্জেনবম নোংদিযাগী "লোকালগী লৈরাং" লৈনমমক, যোংক্লম্রবম্ন, লৈকোলহুগী চিদাইদা লেপ্তুনা বাখল থল্লি ।

মতমসিগী নহারোল ঈনখৎলকলিবা কযানা ঙগ, মোফিন মখল কয়াগী মযাই কাবা নিশা শিজিন্নতুনা মশাগী মোংফম শেমচরবা মতম-সিদা নৌবিবা নহাসিনা ইনিংবগী বাখলদা লাইচুরকপা ওাগংনি ঙাইহৈ ।

হিরমসিদা থুং পাম্রদুনা লমজিংবীনবা লৈরমগনি। অমুকন্ত মীনোক হৈবা কয়ানা তুমীন তুম্না [illegible] হাই। মীনোক মৈশাগী শম্বল বাংমদা লেপ্লুনা ইশাগী অনিংবহ্ন পাংথোকলম্বা তাই।

অইবসিনা করি হায়নিংলিবা? অহিংগী অভিয়ানা করি পীনিংলিরা হায়বহুদি পাবিব্রিবশিংনা লেপকদবনি।

অহিংগী অভিপ্রায়দা, নত্তনা শুয়া অমত্থ উবকথিলম্ব অমোৌয়া মথল মথেল কয়া থুম্নাইসিন্নীদনক্ত। অইবশিংগী তাইবংমা "ধনচয়" থুংখিবা মচা অমা কনবা ওয়া ওইসম্ব।

চানা লুখোই

লমলাই তাং ১২ | ৯ | ৯৬ ইং

# ৱাহৈ অমনিদং

শ্রীঙাংঙাম ধনঞ্জয়, খুরাই, ময়াম্মা শক খঙনদ্রিবা মনিপুরী কবিনি। শৈরেং ৭০ য়াওবা মহাক্কী অহানবা ফোঙবা লাইরিক 'অহিংগী অতিয়াদা' হায়বা অসিগী শৈরেং থরা পাক্লরে। চপচাবা মতমগী শৈরেংদি নত্তে। যুগ অসিগী খোয়শাওনবা, লাংতক্নবা অমস্তুং থুম্বদা বারগদবা ৱাহং য়াওদে। অদুবু হৌজবা মতমগী ফজবা অমস্তুং মুংশিবা অযাম্বনা কাওব্রবা চম্বা পুন্সিগী মুংঙাইরবা, মহৌশা লাইরেম্বীগা নোকমীম্নদুনা, তোযনা ৱারি শাম্নবগী গুণ অমদি অপাবদা ফাওই। ৱাখল থনগনবা, তুমীন্না লৈবা পামজবা, শান্তিগী কবিনি। অসিনা শৈরেং অয়াম্বনা ঐখোযদা হৌজবা মুংশিজবা জগৎ অমবু তোইনা নিংশীংহাল্লি। মসিমকস্তু কবি অমগী থোদাংনি

ঐহাক্না নহা ওইরিবা কবি অসিদা আশিবাদ তৌরি। পোৎথাফম থঙদ্রবা ইমা লমদমগী নাহে খোন্তাং অসিবুস্তু কবিগী শৈরেংদা য়াওহন্নিংই। চুম্না লেপ্তুনা মঙ মঙবদোনা অতিয়াদা য়েংখৎতুনা ফংলরোইদবা কযাবু থীবগা লোইননা ইমাংদ চান্নীবা মৈরি অসিমক্তদা কাংবু চোংশিলহল্লীংই। মদুনা কবিগী খোন্থাংগী মপুং ফাবা মশক অমা ওইরক্কনি। মতমগী কনি ওল্লকনি।

মতম অদু ঙাইবা ওইনা মাঙদা তারিবা শৈরেংশিং অসি লৌখত্নুনা পাবদস্তু মমুংঙাইবা অমা ফাওগনি। কবিনা পামজরিবস্তু অসিতনি, -শান্তিগী য়াৱা অমত্তনা মায়কৈ পুম্বা শন্দোকখিবা, আশাগী মঙাল মপুং ফাহনবা।

এলাংবম লৈকায়  
২৭ | ৯ | ৯৬

শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ

# ফোংজরদগী ৱাহৈ খরদং

সাহিত্যগা শকথঙনবনি হায়না লৌজদবা ঐঙোম্দা নোংমা ইনাওস্থপা ধনঞ্জয়না ইবা লোযরবা শৈরেংশিংনি খরা ফোংবিয়ু হায়দুনা অ:চৌবা কপি বুক অমা উৎলে। মতুদা মুঙাইজখিবদি সাহিত্যদা খরাই য়াওজবতা নত্তনা মশানা ইজবা লাইব্রিক পুথোকপা ঙম্বা ইনাও-স্থপা অমা য়াওরম্মি হায়বা খঙজখিবতুদনি। মতুংগী হরাউনা হায়-খিবত্থ, নমজকরো ফোংবিবগে। অতুগদি খরনি লৈরগা অমুক হায়রৈ নম্বা পোয়:দোরে, অ:কোংবগী ওইবা ৱাহৈ ৬/১০ দং ইবিয়ু। মসিদস্থ খঞ্জখি কাযদেনা।

মাগী শেরেংশিং পারে। অশেংবা মশক-মঙ্গন লেপচবগী ইতিকস্থ লৈজদে। পেঞ্জরিবদি লাইবিক অসি পুথোকচবদা ইনাওস্থপাগী মনিং খরদং থুংহল্লবা ঙমজবা অসিমক, মনিপুরী সাহিত্যগী লমদা পাংজত্রবা ঐচাকস্থ, মনিপুরী অমা ওইনা করিগুম্বা পৌদাং মাচং অমদং ওইরবস্থ য়াজবা ফংজরে খঞ্জবসিদনি। ফোইনবা মনিপুরি লোনবু মুংশিজবা নহা অমা ওইনা, সাহিত্য ইমাগী লৈকোল'মুংদা চঙহুনা মশাগী ওইবা তোপতোপ্পা গ্যানগী ধ্যান অমথক তৌরি, মসিমক ইনাওসিগী তুংগী পুন্সিদা মায় পাক,পা ঙম্বা ওইসস্থ হায়না ঈশ্বরগী মফমদা প্রর্থনা তৌজবি।

নিংজবদি; ইনাওস্থপা ধনঞ্জয়গী " অহিংগী অতিযাদা " হায়বা লাইব্রিক অসি, মনিপুরী সাহিত্যগী লৈকোনদা মকা ফলসস্থ হায়বসিনি। অতুবু মতুংদি পাবিগাদোবা খ্বায়গী মুংশি-চানবিবা মীৎয়েংগী মথাদনি। মতুমক্তহান শিন্নজরিবা খ্বায়গী মফমদা " অহিংগী অতিয়াদা।"

থ,ায় তরাপ্পী

ইম্ফাল<br>১০—৯—৭৬

ডাঃ ঙাঙোম ইন্দ্রকুমার সিংহ<br>খুরাই চাইথবী লৈরক

# রাম্রোল খরদং

"অহিংগী অভিযাদা" হায়না মীংথোলবা ঐহাক্কী শৈরেং লাইরিক অসিবু পাক্সরগা নক্রগা নৈনবীক্রুরগা, কনাগুম্বা কনাগুম্বীশিংগী পুক্নিং বাখল, থম্মোইবু জয় তোবা ঙমগনি হায়বগী থাজবা লৈজব্রবস্ত, চহি কয়াগী মমাংদগী পুক্নিংগী আশা গুর্হুনা লৈজরক্লবা, বাখল,গী ঈচেলক্তা মদোম ঈফুং ওইনা হৌরক্লুনা ইজখিবা শৈরেংশিংবু ফোঙবা ঙমজবা হাযবসিমুক, নীংবা থুংবা ঐহাক্কী পুন্সিসিদা অতৈ অমা লৈরুরাই হায়না নীংজৈ। লাইরিক অসিবু ফোঙবা ঙমনবা হোংনজবদা তেংবাং অমদি লৌশিংগী মঙাল কয়া পীবীরকখিবা, গুংশিজরবা ঈরেবাক, ঈরমদম, অসিগী খুমাইসিদা হিংমীর্মরিবা সলাই ভরেংকী অহল, লমন,শিং, ইচল ইনাওশিং, থোইদোক্লা ওঝা গুরুশিংগী চরন্দা মপোক, অসিমগী শীংবা ঙম্নরোইদবা লমন, তোন,শিংরে হাযনা লৌজে। লোয়ন্না শৈরেংশিং অসি হৌজক্কী অনৌব, খুৎশাবা কয়ানদি মতম,সিগা চুনবা বাংলি চায়-গনি। মরমদি, হৌজিক্কী ওইরবা অনৌবা শৈরেংশিংগা য়েংনরুরবদি ঐহাক্কী অসিদি আরবা শেঙং শৈদানি

মতম গা চুনবা অনৌবা শৈওং কযা ইজনবগী শৈদম্মী। তাবুম্বুংগী সাহিত্য'গী লান,গেশিং থীজহুনা মতমগা চুনবা অরিবা লোনগৈম্বুংগী শৈরোল, থীজবদা লংলা লংজিন ওইনবা হাযহুনা ফো'ঙবনি।

মনিপুরি সাহিত্যগী ঈচেলদা তিঙ্গবা ঢম্নবা হোংনজবিবা ঐহাক্কী রাথলগী শৈরোল থীজবদা পুক্নিং থোগৎপীবগা লোযননা লম,জিং লম্.ঙাক,পীবক,লবদি হরাওনা তুংইঙ্গগনি অসুং মপোক, অসিমগী কাওজরোই। লোইননা লাইরিক অসিবু নম্বীখিব প্রোগ্রেস প্রিণ্টরস, খুরাইগী ইচিন-ইনাও খুদিংমকপু মপোক অসিমগী কাওজরোই।

লোইননা লাইবিক, অসি ফোংননবা হাযহুনা প্রেস তানম্বীবৈগী মতমদা: Prove Reader লৈতবনা মরম ওইহুনা অইবা ইশামক্লা,

ওইজখি। ঐহাকন্তু করিগুম্বা অচিনবা কযানা মরম ওইদুনা হাথক তংদু লৈতংদবা মতাং ওইবনা বনানগী মতাংদ অবানবা খরা য়াওরি। মসিমক ঐহাক্কী অশোয়বনি হায়না লৌজরগা মথংগী খুৎনমদা নিংথৌজনা চুম-থোংকুবা হোংনজগনি। অদুমকপু, লাইব্রিক অসিগী ওইনদি লোই-শিল্লকপা শরুক্তা অরাম্বা চুমথোকপগী লমাই তোঙাম্না হাপচরে। লানখিবা কয়াবু কনা নত্তে খঙ্গীহ্না শেমজিন শাজিন্দুনা পাবীনবা পুকচেল চাওরবা চাওরবী থাই তরাগী মফমদগী নিজরি।

ভাঙোম ধনঞ্জয়

খুরাই চাইথবী লৈরক,।
ইম্ফাল, মনিপুর

# য়াওফম তাকপা

☆ ☆ ☆

১বা

# মহৌশাগী ইরোম্ংদা

মপাল নাইরমত্রবা মহৌশাগী ইরোম্ংদা
পোখাদুনা লৈক্ষবা ঐহাক্কী পুক্নিংবু
হৌদোক্পীবনি তত্তবা বাখলগী কল্পনানা
কোয়রুসি, থিরুসি সাহিত্যগী লৈকোলশুংদা
তুম্থুল্ হুল্লিবগুম্মা হীংকদে হায়না ।

মীকপ, থোয়রুবা বাখলগী মঙলৈবাক্তদগী
পামদে পুক্নিংনা থোঁ'াইজে নত্তনা ।
ঐগী পুক্নিংগী কবিতা লেংজবদা
শেমজনিঙই লৈচল নিঙথীবতা থন্দুনা,
মসিনি ঐহাক্কী পুন্সিগী শুংঙাইবা ।

লোম্নাইত্রবা সংশারগী পম্খেৎ কংঙমত্রবসু
সুমিৎ, থা, থবান, কয়া লান্দুনা,
কোয়রুরে বাখল্দি মঙলান্গুম্মা তাইবংদসু ।
লৈরম্ত্রে অতৈ প্রকৃতিগী খুৎশেম্নক্পা
মালেম, নত্তনা পুন্সিগী শৈদাংক্ষম্ ।

হৌরি উপাল্-বাপাল, উরি-বাবিঃ
অবাংবদগী অনেম্বদা চেন্থরি ঈচেল্সু ।
ছুম্মৌ লিরি লিরিনা মালঙ্বসু ।
য়ৈরিনে নোংমদোলথক্তগী কোরৌগী মশেক্,
শৈদাংক্ষম্ ওইরিনে "মঙাল" হায়বসিগীন্সু ।

পোম্বী চেক্লা কয়াম্ন কৈরাথক্লা,
শক্লি ঈশৈ মহৌশাগী থোগলদা।
শীনশঙ্দা শীম্বাবি তাইবং কযাম্ন
অরাক্লা ক্লুঙাইবগী বারিনা চিক্লোকপি,
পুন্সি থোঙচংকী শীম্বাবু পাংনবি।

লেপ্পা হৈজক্রবা মতমগী খোঙ্চংনা
পুন্সিগী লম্যুংকম্ অশিবগী লম্দম্চুদা
পুম্বি কোকথোংননা থরাই কয়াবু।
মহৌশা ইরোম্নংগী থোঙবু থম্লবদা
করিগুম্বদম্ন মাঙ্হল্লি বাখল্গী তাইবংপান্।



২[illegible]

# বাখলদা

মীংকুপ্ কয়া হোংলক্পশুম্ ঈচেলদুনা
লেপ্পাইদ্রবা মতমগী খোঙ্চংতুগা লোয়ননা,
লাংওন্ অমদগী লাংওন্ অমদা লেপ্তুনা
খল্লি বাখল্ মীওইবগী পুন্সিনা।

নীংশিংহল্লি হৌজবা পুন্সিগী ঈতিহাসপুম্ব,
থল্হল্লি ওসিগী ওইরিবা শক্তম্সিগীম্ন।
পুক্লিংগী আশাগী মমী কয়াবুম্ভ
মশেল-মরাং উহল্লি বাখল্গী মীংশেলদম্ন।

থঙজ্রিবা কয়াবু থঙনবা থীহনা
উক্লবা কয়াবুসু নীংশিংনবা হোৎনহনা
থন্‌বগীসু পথৈ নাইজ্রবা বাখল্‌সিনা
অনৌবা কয়াবুসু থঙনিংই মীওইবনা।

ওইরকদবা পুক্নিঙগী শক্লোন্‌, কয়াদা
শিগনি হায়বসু থঙ্‌লবা মপোক্‌সিদা
থন্দবা শাহনা হৌংবসু ওম্লবদা
করিগী থলহল্লি বাখল্‌গী লাংওন্‌সিদা ?

কজবগীদমক্তসু অথীবা কয়া থায়দোক্লনা
অপাম্বগীদমক্তসু পামনবা কয়া থন্দোক্লনা
হৌংনবগীদমক্তসু শিগনি হায়বা কাওথোক্লনা
করম্বু থল্লিবনো "বাখল" নঙ্‌না ?

থম্ম্‌ "বাখল" অকবতা থন্দুনা।
লৈজবা নঙগী খোৌনাগা লোয়ননা।
পাম্‌গনু। কনক্‌উগনু মীপোৎ মৌরন্‌,
থল্লুগনু অতোপ্পগী কত্তনবা য়েংহনা।

☆ ☆ ☆

# চৈরাওবা

লমতা থাংশি ওইরবদা,
শজিবু থানি লাক্লিবা
মৈতৈ ঐখোয়গী খোঙম্নি
শজিবু থাগী চৈরাওবা ।

শজিবু লাকয়েন তাইনবা
ইঙা কুমদমলক্লবা কুম্মথাগী
চৈহৌ চৈশিং ওইরিবা
অরিবা মৈতৈগী লৌকলম্নি ।

লেপ্পাইদ্রবা মতমগী খোঙচৎপু
রাথল মানা খঙনবা
তাংকক তাংথুপ নাইরিবা
মতমগী মাংউলোনবু তাকপনি ।

কুমগী লৈজবা মনা-মশিংনা
ভরা মথেল লাঙহনা
মপুগী শেবা ফংজবা
ঐখোয়গী লাইনিং খোঙম্নি ।

অরৈ-লৈতা, অহাও-হাওতা থায়দনা
কৈরোই লৈকাইগী য়ুমলোমবা
ইপলখোই, থুরাহোয়, তাদহোয়
ইনাওখোই ইচে-ইচলখোয় চামীম্নগনি ।

ইথোলদগী খরা, ৈকথেলদগী খরা
ঙমজবা শিথ লাঙ্‌থনা
লাইনিংথৌ, লৈমরেলগী মগাইদা
চিংঙুগী মহৈস্থ নীজগনি ।

মথল লুক্কোই চারুবগী
ঙম্মক, তুম্বা ঙম্নবা
চৈরাও চিংবু কাগনি
পুন্সিগী পাঙ্গল, হাপ্‌কনি

নম্‌ তাইবং ঐথোযগী
পাঙ্গল, লৌশিং হাপ্পবা
চিংদোল, লোম্না কাহ্নবা
ঈশ্বরগী খুয়াদা থৌনিজগনি ।

ঋতু কল্লাগী লাংওনবু
লাংওন, লংদাই থায়নবা
তাইবং খুন্থোকলোন, তাক্লীবা
ঐথোয়গী অরিবা লিক্লমী ।

☆ ☆ ☆

৪শুবা

# বাক্লনিগী যাত্রিকশিংদা

কাখৎলু যাত্রিক, লম্‌থুংকম্‌, যৌনবা,
পন্থৎকম্না ভাইদুনা লৈরবা খোঙচৎনি ।
মৈরি থোক্না চাক্‌হল্লৎ খুৎকী মৈরা
কোক্‌হল্লৎ অমম্বা তিংথঙ তুম্বৌলক্‌সিংগী ।

পুন্সিগী খোঙ্‌চৎনি লোইরোইনবা চিংলম্বীসিংগী
নোংপোক, নিংথৌগী মশাইকোলনি লেঙ্‌ফদ্রবা ।
চীংদাল লোম্না কাবনা শক্‌দোখিবনি
পুন্সি খোঙ্‌চৎকী লম্‌থুংকম্‌, অমম্ভ ।

অহিংগী অরা-মুংঙাই খোঙ্‌চৎ ওইনবা
থাংলম্বা খোঙ্‌থাঙ্‌নী হৌখিবা মীরোল্‌নম্ভ ।
অহিংসিগী অমম্বা কোক্‌হন্দুনা চৎলিবা
খোঙ্‌চৎসিগীনি নঙবু "যাত্রিক" কৌরিবা ।

উরি-বারি নারক-মোংশোং হায়দোক্লুনা,
কাখৎলু মাঙগী খল্লোং তম্না ।
উগনি মৈতৈ যুম্‌শারোলগী অহোংবা,
ঈরৈবাক ঈবমদম, খুমাইলোন্‌গী অওন্‌বা ।
"অরাং কৌত্রু অশুম্বা
লাইয়াম খুন্দা অহানবা"
থাংজিং, চীংখৈ, লোক্তাক, ঈশাই মাপল,
নোংপোক্‌, নোংচুপ, খা অরাং হারম্‌, উগনি ।

মালেম, সভ্যতাগী চাওখৎ লম্‌ জেল্‌ দা
শেম্‌ গৎলিবা শাগৎলিবা যুরা দলান্‌ শিং
অহেন্নবতা ওইবক্‌ খিদবা ঙসিগী দৃশনি,
মৈতৈ ঐ'খায়গী খুন্থোক্‌ লোন্‌, উৎলিবনি ।

চী'ঙাই তুরেল লুপ্রবা হকচাংনা
চরৈ ফী'শেং শেৎলগা ঈশ্বরগীদমক,
নোংপোক, নিং'থৌগী খুয়াখাদা চঙ্‌জগনি।
পুন্সি অ'সমগী "মহৈসু নীজগনি ।

লৈতা-লাইরা ইনাক্‌ খুন্বনা খাযদনা
শাবী শা'নৌ নহা অহল নাইদনা
ঈশ্বরগী থৌগল্‌ গীদমক্কী অহিংসিগী খোঙ্‌ চৎসে
মাম্নবগী রাথল্লোন্দা চাংযাংসিবু কারিব। ।

রাখল, লৈফে খন্‌ ফজ্রবা খোঙ্‌ চৎনি
অমাং অশোয় তৌহৈদ্রবা খুভগ্রী ।
ফত্তবতা থল্লগা ফত্তবতা থুংগনি
অফবতা নাংলগা অফবতা ফংগনি ।

"নোংমাই হাগবরা হাদা চীং
শেল্লোই নীকবরা নীক্ক চীং"
প্রকৃতিগী খুদোল্‌ নী যাত্রিক, নঙগী
নত্তে অতৈ কনাগী মরল ।

☆ ☆ ☆

ঙেত্তবা

# পূক্নিংগী পাওজেল

খল্লিমথৈ লোইবা নাইত্রবা মীওইবগী বাখল্‌সিনা
করিগুম্বদা লাম্লুব্রি ফংলরোইদবা সংশাযগী পথ্মেৎহুব
বারহ্না, চোক্‌থরহ্না লম্মুক্কহল্লি বাখল্‌গী লম্মথাঙ্‌দা।

হক্‌চাংম্নুংদা লৈরিবা থম্মোয়মুংগী থবায়সিনা
করম্বা মীৎকুপ্তা তাইবং মালংপান্দা তিন্‌খিগনি ?
করিগুম্বদস্থ থল্‌হল্লি মীওইবগী পূক্নিংসিদা।

চৎনা-চৎনা, ফম্না-ফম্না, হিপ্না-হিপ্না
অস্থম্মক, লোইশ্রগদবা মীওইবগী লাংওন্‌সিদা
শৈদাংফম, ওইরি মালেম্‌গী ফম্বাক্‌সিদা।

মীওইবনস্থ থাম্‌ঙম্‌দ্রবা মতম্‌গী খোঙচৎসিদা
হৌখিগনি হায়বস্থ থঙ্‌না হৌখিবগুম্না
হন্‌খি থবায় কয়া চাক্তারম্বা মালেম্‌দা।

হোঃ মীওইবা করিবু তৌরম্মবগে নখোয়না
তাইবংপাম্বা অসিদা মপোক্তুম্না ফংজবগী
নঙ্‌গুম্বা কয়াবু নাওকোনবীরক্রবা মালেম্‌লৈমগী।

তাক্লম্মু অখঙবা নহাকী লৈজবা লৌশিং
লম্‌জিংবীরম্মু তুংলম্‌চৎকী য়ুম্বীরেল কয়াবু,
মহুতনা ওইগদবনি মীওইবা পূক্নিগী খোঁদাং।

মীনা মীবু য়েক্কবা থম্মহ্না
"ঈ" গী লোখোঙ, চেল্লবা মালেম্‌দা
কল্লম্মু অনৌবা যুগ্‌শিংগী য়ুম্বীরেল।

☆ ☆ ☆

# খন্নুরন্নু

অমম্বগী কীজং মরুমদা অঙান্‌বনা
কেকু লোংপী শাম্নজরি তরঙ্‌মুংসিদা।
অয়ুক্‌ মুংখিল্‌, মুংমীদাংগী খেংনবা
উহল্লি তাইবং মীৎস্না অনিদা।

অয়ুক মুংখিল্‌গী মতমদা কোরৌহন্‌বনা
পীনবীরি মশেক্‌, মঙালহুবু মালেমদা।
খম্মোইমুংদা লৈরিবা খরাইশিংবু লম্‌জিংনা
তাক্‌পীরি মালেমদা তাইবং খুম্মোক্‌লোন্‌।

মুংমীদাংগী মতমদা অহিংগী অতিয়াদা
অমম্বগী ঈপাক্লা মুক্তাগী মৈরা
থানবীরম্মী তাইবং লৈশেম্বা মপুনা
জিবশিংগী লম্‌জিং মৈরাবু ওইনবা।

খঙ্‌লে মীওইবা হায়বা মপোক্‌সে
অঙক্‌পগী লুবাক্‌দা পাগুনা য়োমশিন্দুনা
কুমওন্‌, খরদং চেন্না চোংনা হিংজরম্মবা
শাম্নজহন্‌বনি মালেম্‌, ইমাগী তম্পাক্‌সিদা।

মীৎকুপ্‌, কয়ানা থাবুম্‌, শক্লুনা
থাবুম কয়ানা কুমজা ওইহুনা
কুমওন্‌, কুমথাই ঋতুগী য়াওল্‌দা
কনবু থোক্লগবা মালেমলৈমা ইমাসি ?

ঙসি শিগনি হায়বস্থ পাওজেন্দে,
হয়েং শিগনি হায়বস্থ পাওডাক্কে
রাবদগী রাবা লাকদবা অরাবা
খল্লুরস্থ অমুক, মাগী মরম.গী।

☆ ☆ ☆

৭ঙবা

# ঈমাগী চরন্দা

করিম্নুংগী লাক.চরবা মীওইপোক, ওইনা
ঈথৌদি লৈতনা মালেম.সিদা ঐগী ?
অহুবু. থারবনি খেঁাইজেগী চান্না
বাখল.গী লৈজবা পনখৈদ্রু পুথোক্লুনা।

ঋতু লাইরেম্বী ইমাগী তম্পাক.সে
নীংথিরে মহৌশা প্রকৃতিগী খুংশেম.হু।
উপাল রাপাল উরি রাবিস্থ
হায়না হুম্না মকা লামজরে।

লুরবা অতিয়াদা ডানবীরে মৈরা
মঙালনস্থ মৈয়ররে মৈশাস্থস্থ কংহল্লে।
কনাগী বাখল্না লম্ফুক্রি লম্মাংননা
লূম্বী ঐহাক্স্থ বাখল.গী ঈরৈ'মদা।

অমম.-অঙান, অনিগী খেৎনববু
ঙল্লি অরুম, অয়াং বাখল.সিনা।
মান্নদবা অনিগী মগুন্দু খেৎনবনা
লৈরম্মী মালেম, অসিবু নাওকোন্দুনা।

সাহিত্যগী অৱাংবা পন্দোন, লোম, প্রবন্ধ
ৱাখল্‌না লাম্বা অকংবা খজিক্কং
নিংজরুবা ঐহাক্কী পুক্নিং আশানা
কংচরি ইমাগী খোঙয়া থম্বালদা ।

নিংজরুবা পুক্নিংগী আশাদু থুংহন্‌বীগ্রবন্দু
শীনবিরে অনৌবা মপোক্কী মঙালসিংদি
খঙ্‌হন্বীরে পঙলবা ঐডোন্দন্তু উহন্বীদুনা
তাইবংপানসিদা খেৎনবা কয়াগী লীলাসে ।

ৱাখল্‌গী ঈরৈন্থুংদা মণ্ডল-মণ্ডল, খল্লুবনা
অমুবা কালিনা ময়েক্তি শেংকাত্তুনা
খোঁবাথক্তা শাজরিবা খোঁজৈগী জগোই
য়োহন্বীরে মীৎকুপ, অসিমদি হিদেন্‌সিদা ।

লম্পুরকরে লম্মাংনরবা লম্বী চৎপগুম্মা
ৱাখল্‌গী তোরৈ অমদা পুন্সিসিনা ।
তুম্ববদগী হোৌগৎলক্‌পদা লাকপা গ্যানগুম্মা
খঙহন্বীরে পাপ,, পুন্য অনিগী খেৎনবা ।

পাপ্পুনা যোমশিন্নীরবা থবাই মীরেলসিনা
অবৈবা পাঙল, থোৌনাবু পুথোক্লুনা
ঈপাক্‌সিবু লান্‌থিবদা মপোক, অসিমগী
ঙমহনবীযু নীজরি ইমাগী চরন্দা ।

☆ ☆ ☆

# নুংশিবগী মগুন্

থোউহ্ মুঙ্গুম কল্লবা থম্মোয়মু ওইসমু
লৈনাদগী হেন্না থোংলবা থম্মোয়মু ওইসমু
লাপ্থোক্লম্লোই নুংশিবদি থম্মোয় লকান্নুংদগী ।

পক্লিবনি পুন্সি খুদিংদা মীওইবগী
লোইনরক্লবনি মপোক্, লাংওন্সিমগী থবাইসিগা
পুন্সিনা মীওইনা হিংবগী অর্থমু খঙ্নবা ।

পুক্নিং, বাখল্, থম্মোয়, আশা
তুংনফম, ওইরিবনি মীওইবগী নুংশিবনা
মীওইবা লিশিং লিশিংগী মালেম্দা ।

মহাক্কী ঐহাক্কী হায়বমু খায়নরমু
মায় মরিচিকাগুম্বা বাখল্গী পোম্ফদমু
করিগুম্বদমু কাওহনবনি বাখল্গী তাইবংপান্ ।

থবাইমুগা লোয়ননা লৈজবা মহাক্কী
কংথোক্পা ভমহল্লি কনাগুম্বদমু পাম্মুদনা
আশংবা "নুংশিবা" পক্লবা থম্মোয়মুনা ।

থবাইগী তুংনফম্, বাখল্গী শান্নকম
করিগুম্বদা ওইহল্লি নুংশিবনা মীওইবদা,
হৈত্রবা মপোক্কুদি মাঙ্জরবনি মাতমা ।

কনাগী থম্মোয়না "নুংশিবা" য়াওত্রবা,
পুন্সিনা পুন্সিবু মশক্ খঙ্জরবা ?
নহনফমদা হল্লো নতেফমদা তেরো ।

পাম্মী ওইনবগীদমক্ পোক্লক্পা নত্তে
পুন্যনি মীওইনা হীংলিবা মপোক্তি,
থমোইগী 'সুংশবা' অন্তুগা শাগোম্লরিবা ।

মীয়ামনি থম্মোয়মুংদা লৈরিবা থবাইগী
থবাই লৈরম্বনা তারক্কীরা মমীনি,
মঙুনগী তারেম্বা শক্ওং লৈতবনি ।

পাক্পা চাওবা পনথৈ নাইদবা
থাক্লবতনা বাংল্গদবা মহা-ময়ানি,
করিগুম্বদা পীরংনি, করিগুম্বদ অমৃত্তনি ।

☆ ☆ ☆

৯শুবা

## থারম্মসি মউ লিংবা উপাল

খোঙ্জেল্সিতনি তারিবা ইনাসিনা
দৃশসিতনি ঈমীৎসিনা উরিবা,
খোঙ্কাপ্শিংতনি খাংলিবা ঈখোঙ্সিনা
পোৎশক্শিংহু পায়ক্লবতনি ঈখুৎসিনা ।

অরাম্বম্ ঐতনা কোক্হন্গদবনি,
অপাম্বম্ ঐতনা লৌজগদবনি ।
অবাবা সুংঙাইবা পুক্নিগী,
ঐতনা শেম্জগদবনি বাখল্সিনা ।

খঙ্ নিংলিবা রাখল্গী অপাম্বা,
খীজগদবনি পোংশক্তু ঐতনা।
হংলুগদবনি খঙ্ ত্রিবস্থ ঐহাক্তা,
অখঙ্বা অউবা কনাদা।

ঙসিদি তঙুপ্পী মীংস্মাসিনা,
শোয়রোই নোংমদি উইশিনখিগনি।
থাংলিবা খোঙ্থাঙনা লেপ্প্রবদা;
পুন্সি হায়বসিস্থ লোয়শ্রগনি।

অমর নত্রেনে মীওইপোক্সে,
খঙ্নস্থ মচংলু হীংলিউ।
অবি লৈত্তা পোংলম্শিং
তাথোক-তাশিন তৌনৌ কনা'মদা।

শেম্গদবনি হীংমীয়বগী শক্রম্
ওইহন্গদবনি হবাও তয়ায়কী তাইবংপান্
মালেম্দা হীংহৌগদবা মীয়োলশিংগীদমক্
থারমসি মঙ লিংবা উপাল।

অচৌবা উপাল্শিংহুগী মথোঙ্দা
পুন্সি লম্বী চংপশিংনা
অব্রা পোত্থানগন্নি চোক্থরক্রবদা
কয়িগুম্বদস্থ নীংশিংলকনি নহাক্পু।

উপাল্, বাপাল্, চৈপাল্, লৈপাল্
মরুপ্পী মীওইবা পুন্সিগী।
মহৌশানা শেম্লক্পা তিবশিংগী,
তংনা থানহৈত্রবা থোঙ্লোয়নি।

☆ ☆ ☆

১০শুবা

# হীংমীন্নসি

ঙরাং। ঙসি। হয়েংগী খেৎনবা।
করিবু থে,ইনা হেন্না লৈব্রিনা ?
মীংকুপ থরদংনি হীংমীন্নগদবা মীওইবা
অমত্তংনি থন্দুনা হীংমীন্নসি ।

লম,যাল্লহ্না মালেম,গী খোঁমাফবা কয়া।
উখিদরে মখোয়দো ঙসিদি ঐখোয়না ।
পুন্সি কয়াদো মালেম,দা হীংলহ্না
থবাঙ্গ কয়াদো তিন,খিবনি ভরঙ,দা ।

চৈরগনি শোয়দনা হয়েংগী মীরালনা
মচি-মচি থুদিংদা মালেম, অসিগী,
"হীংমীন্নবগী অপুন্না অক্তম, লৈরমদে
মীওইবগী অচুম্বা সভ্যতা থম্বীরম,দে "।

পুন্সি কযাম্ব হীংলম,ই থঙ,নবা,
ময়াইকনবতা থল্লমসি তুংগী মী'রালগী ।
যুংলম,সি মীওইবা অপুনবগী যুম্বী
মালেম,সিদা হীংমীন্নরিবা ঐখোয়গী মীরোলসিনা

লম,জিংবীগদবা মহাক্না নাথৈহ্ননা লৈঙবা
অতুম্বা অহ্ননা হৌদোক,পা মতাত্রবা
ঙাইক্ররম্ন নহাক্না মহাক, অহ্নবু
লম,জিং হিনাও ওইবীগনি নীংহ্ননা ।

মাঙ্‌দা লৈরিবা পন্থুংক্নম্‌সে য়ৌনবা
পুন্সি অমগী লমথুংকম, তাম্নবা
ঈপাক্‌সি লাল্লম্‌দাই পুন্সি খোং চংকী
লম্মুক্নগদবা নাত্তে বাখল্‌গী লম্বীদা।

থাংজ্রবন্থ নঙ্‌না তন্দুনা খোং থাঙহ,
লমথুংকন্‌দি য়ৌরক্নদবনি নোংমদি শোয়দনা,
মাঙ্‌দা লৈরে পন্থুংকম, 'শিবা',
পন্থুংসিগী নওরা পুক্নিনা হৌংলিবা ?

জাতি, বিজাতি, ধর্ম্ম, অধর্ম্ম
অচৌ, পীশক, লাইরবা, ইনাক্‌খুন্‌বা
কল্লিবু কান্নগনি পন্থুংছবু কংলবদা
অমত্তংনি থন্দুনা মান্ননা হীংমীন্নসি।

☆ ☆ ☆

১১শুবা

# চেক্লাগী শেরোল্‌

রাংলবা পাম্বেল, ফৈরাথক্‌সিদা
ঐহাক্কী ইচম, পোক্সেলনি।
ইঙা নোংজু চঙ্‌লরোই,
কাইরেল্‌গী মালঙ, কিররোই,
বাকচিংগী উন্‌লেন নাচুংলোই
কাসেন্‌গী মুংশা লাংলরোই
পুন্সিগী পোলোইকম্‌সু ওইরনি।

চরোং মনাগী শীঙ্‌নাঙ্‌নি,
কেংখৌ মপাল্‌সিঙ্গ তমোল্লী,
লশিং মকোলঙ্গ য়াওরিয়ে ।
কোরো শীংবুম কয়ানি
শাখপ, তোয়না পাঈরুইদো
ঐগী ইহুম, পোঙ্গেল্‌সে
কৌরো নোংমদা লোইখিদে ।

ঙাইবং মপোক, নখোযগুম্না
ঐহাক্কী ইখুং য়াওরবগ্ন,
ঐগী ইচিন, তোন্‌তুম্বা
ইখোঙ, অনি অসিগা
ঈহুম পোনসে শানবা
চেনশিঙ্গরক্‌পনি মফম্‌ কয়াদগী
ঙমজরে ঙসিদি য়েংবীযু ।

ঐগী পুক্নিগী চিঙ্গাক্কি,
হুল্লুদে মরু লিংউদে ।
কুমওন, খুদিংগী বাত্তনবা
ঋতু লাংওন লেপ্তনা
মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীনা
মালেম্‌গী মচি খুদিংদা
পীনবী মহৈ-মরোং চিন্তম্নবা

ঐহাকী চান্না চিন্তম্দি
কোযনা পাইদুনা লৌরুইদো,
চাক্লাক্লইদো মকম, কল্লাদম্ ।
কুম্শি য়েল্লিং খত্তুদি
পারি-ইমোম্ শাখপ, তম্বীগে
হাওনবা লৌবুক লমহাংদা
চাক্লাবব্ তম্বীগে য়েংজহৌদো
'তাইবংপা' ।

☆ ☆ ☆

১২শুবা

# ঐগী ধর্ম্ম

ঈরৈবাক্: মীরৈবাক্ করিগী খায়রুগনি,
মীওইবা জাতিগী খল্লবা বাখল্দুনা ?
ধর্ম্ম, অধর্ম্ম করিগী থীরুগনি,
মান্নবা হীংমীন্নবা পান্নবা অধিকারনা ?

মীওইবগী মরক্তা মীওইবব্ য়েংথিনহন্বা
রাজনিতিগী নাক্পাক তানহনবা বাখল্লোন্
ধর্ম্মগী খুন্নবা মীওইবগী ধ্যান
থাদোক্চরে ঐহাক্তি মপোক্, অসিমগী ।

ধর্ম্ম, অধর্ম্ম, জাতি, বিজাতি
খেৎনবা থমদনা হীংমীন্নবা পান্নবদি,
ঐহাক্সু ইল্লগে নহাকী নক্তুংদা
লম্জিংবীয়ু ঐবুসু পুন্সিগী লওইনা ।

মীওইবনা মীওইববু, অকন.বনা অশোন.ববু
অচৌবনা মচাবু, লাইরববু ইনাকখুন.বনা
তুহৎলিবা, ওৎপীরিবা কযাসিবু পাম.জবদি
শীজিন্নবীবু নহাক্না ঐহাকী পুন্সিবু।

অচুম্বা অচুত্তবু নহাক্না পাম্বা
অরান.বা হায়বদু নাথৈগে থলবা
নহাকী অচুগুম্বা বাখল্লোন্দু মৈজরবদি
ওইহন.বীবু ঐহাক.পু পুন্সিচুম্বা অরানবা।

ঈতিহাসকী চেনা ফাঙ্.রবসু ময়াওরমই
হৌজিক. হৌজিক.সু লানকী হীংলীবা।
হৌরেলসু, হয়েংসু অচুমক লেপ্প/রাইদবগুম,
অচৌবনা মচাবু তুহৎনবগী মালেম.নি।

শোন.বীরকসু ঐঙোন্দা ধর্ম্মগী স্নোগ,
তাহন.বীরকসু রাজনিতিগী বাচোই চিরোল.
ইথন্না পোথাজখিগে তুমীন্না অচিক.পদা
বাজরবী মালেম. ইমাগী তম্পাক.সিদা।



# তাওবা হুইখোল তাবদা

কলি যুগ.কী অহিং অসিদা
লেপ্তনা তাম্নি তাওবা হুইখোল
মনিং, মমাং, মখা, অরাং
খোংলি মায়্নৈ মরী শিন্থ্ংনা।

লৈফে চৎপা তাইবং কনাদনো
লাক্লা য়াক্লা খোংলিবা মখোয়না ?
লৈরক, শাথোবদরা, খোংবান, লাল্লুম্বদরা ?
হুইথৌ হুইরোইশিংসে চিন.ক্ষেঙ.লিবা ওইরমাল্লে।

কনাগী কাওরেল চল্হৌদবনু য়াওবরা,
ভারুবাক, লুম্বা হোদোং লম্বোইববু চৎপরা ?
শাবি কনা মেলৈ লাংলিদরা,
শানৌ কনা ইচিক, হুল্লিদরা ?

তাম্নু তারি, নকুম্নু খোংলি
চিন্তাং হৈনবু পাওদম্নরি মথে যাসে।
তাহিংগী মাক.মৈসিদা কনাদবু খোংবনো,
অযুক্কী কোরো মাবু কৌবরা ?

নিংথৌ শেম্বা কনাদবু খোংবরা,
অঙম্বা কনাগী হুইরোইদবু ওইরিদরা ?
তাইবং খুদিংনা য়াতানববা অহিংসিদা
মশিন্না ঙম্ব্ পাংনরিয়ে চিলছৌবশিংশে।

খোংউ খোংউ য়াক্না লাওবা
থোদাংনি কাওগনু খোংবনা নখোয়নী।
নপু নীংউ, নথোদাং পাংথোক্‌উ
হেন্নহন, মুংশীবীগনি মহুয়া খোংবনা।
চীক্লগনু, খোংলুগনু শাধু ঋষিশিংদা,
চুমতা পুন্সিগী লম্বী চৎপশিংদা।
খোংউ, চিক্‌উ হোৎদোং লম্বোইবশিংগুম্বদা,
অথেংবা অহিংদা শগুন্‌ তৌবশিংদা।

"Bark is duty of the dog".

Words by :- **Ng. Dhananjoy**

১৪শুবা

# পোইনু লৌরোক্‌ য়াওক্নবদা

পোইনু লৌরোক্‌ থায়াইসিদা
লৌপাক্কী ফোবোন্‌ মরক্‌সিদা
পাক্লবা ফক্‌লেন্‌ মথক্‌সিদা
শাংদা শাংচেৎ চরৈগী
কোক্না কোক্‌খুম, কোক্‌শেংনা
খুত্তা চৈরোং পায়দুনা
লৌরোক্‌ জগোই শারিয়ে।

তাম্না উরি লোয়ালম্‌,
লোইবী চৈংগী চাংমাযন্থ।
নিংথম্‌গী লিক্লানা চোৎলকা
শিঙতেক্‌ শিঙনাং মরক্তা
ভৌরুনবা মৈথু মপেনা
অতিয়াগী মশেল্‌ মরাংনবদা
চৈংগী লৈশম্থ চাক্‌লিয়ে।

খুন.গী লৈশা পাখঙ.শিং
লৌরাং বারি শারিয়ে।
কৌওইবী লাই'রম্বী ইমাশু
লিরিবা ম'লংগী লোয়ন্না
মচা মনাই শেল্লিয়ে।
কুম.গী ফৌ'থাক. য়েংহুনা
হরাও মথোই কারিয়ে।

পাক্রবা লৌবুক্কী অকোয়বদা,
লেপ্পী উপাল. বাপাল.শিং।
মশা মরেং হায়না-তম্মা,
লৌরাং শুব' য়েংলি'য়ু।
খুলঙ ঈশৈশু ফাংনরি
অবা পোখ' ওইনরি
শিন্থা ঙম্ম. পাঙ.নরি।

চেক্লা উ'রাক. মায়ঙৌবী
শাখপ. তোয়ন পাইরম্বী,
চাক্লাফম্ম. থিরম্বা ফংগ্রে।
চেক্লা শঙ্. শঙ্.হু
কোয়না কোয়না পাইরিয়ে।
হাঙ.লবা অতিয়া মকোয়সে
মথোয়গী শান্নফম. ওইথরে,
য়েংহৌসিদে।

☆ ☆ ☆

১৫শুবা

# অধিকারগী খোল্লাও

চৎলিবা চক, অসিগী য়াওনসিদা
চরাংনবা মালেমগী সভ্যতা ওইহল্লি।
পুন্সিগী মোংফম্, ঙাইহনা হীংলীবা
থরাই কয়াগী বাকৎনা নিলহল্লি।

চাকখাও ফোইদংলি, ঈথেঙ, চুপ্পী,
অঙম্বা শাশিন্নবা থরতনা অশোনবশিংগী।
তাদে খোল্লাও লায়রবা মীয়ামগী
মসিবু অচুম্বা গনতন্ত্রগী থাহল্লোরা?

গনতন্ত্রিক, রাজনিতি কাঙলোনগী নাশাদা
শাশিন্নবা রাজনিতিগী মাযথুম, উপুন্না
থংদননা অচুম্বা শাহনা ঙাঙলগা
লমজিংগনি চোংথোরক্লী পুন্সি কয়াবু।

রাজনিতি, ধর্ম্মনিতি, অর্থনিতি, বাংউলোন,
মীওইবগী চংদ্রবা য়াদ্রবা বাথল্লোন,
কদাইদা চংশ্রবাগ অচুম্বা শাস্ত্রান,
অমুক্তংদি নৈনবীন্নসি সমাজসিগী য়াইফনবা।

লানপুং ওইহনখুমসি ঙসিগী মালেম,
শান্তিগী অনৌবা মায়থুম, হাংলসি।
নোংচুপলোমগী সভ্যতাদা লাঙলিবা মীওইবশিংসে
অমুক্তং পাওজেলসি মথোয়দম্ ঐথোয়না।

হোং লাইরবা, শীল্লাহ্নিবা মরুপ্‌লোই
হক্‌চাংশী পাজলডনা হুমাংমনবু মন্ত্রিরিবা
চেংনা পায়ু শিংনা শীদ্রৌ
পুন্সিগী নীংতম্বা ইশাগী অধিকার।

☆ ☆ ☆

১৬শুবা

# মালেম্‌ ইমাগীদমক্‌

ইমা বারিনিদা নহাক্কি মালেম্‌লৈমা
নতম্পাক্তা চাক্তারিবা নপারি নমোম্‌শিংগী,
মীৎকুপ্‌ কাংব্রবা হিংশাগী থৌদোক্‌,
লোইবা নাইত্রবা মীকপ্‌, মীরা ওথোল্‌,
করম্বু য়েংলীবগে ইমা নহাক্না।

উহৌরবা, তাহৌরবা, খঙ্‌হৌবরা নত্তরা ?
নতম্পাক্তা কাইদোংসম্বা মীওইবা জাতি,
মীওইবগী মরক্তা মহাপুরুষ মীংথোল্‌,
করম্না কংহনখি যুগ যুগ্‌তুদা ?
কনানা ওইগনি ঙসিদি মহাপুরুষ ?

ধর্মগী তমথীববা অথুবা বাথলোন,
রাজনিতিগী য়েংহৈত্রবা অথুবা মীংয়েং
"মতম্‌গী ঈচেল্লক্তা থকম্‌গী লান্‌"
মীওইবা থরতনা শান্নরিবা লিল্লা
ইমানদি খঙলম্‌গনিকো থৌদোক্‌শিংগী হৌরক্‌ফম্‌।

মীংকী পিনা শিথ কংচরগা
নিজম্নি ঐহাক্না ইমাগী খোঙ্যাখাদা,
মপোক্ অসিমা পলেম্না নাওকোন্বীবগী
হীংহনবীয়ুকো নীংতম্না মীওইবা সমাজলক্সিদা
পলেম্গী শেবা মতোন্ লোমহন্বীয়ুকো।

হনাগী বাখল্দা থাজবা লৈত্রদা
নাংওন্ অমগী শাইওল্ লৈরবস্থ,
পাম্জদে ঐহাক্তি অনৌবা মপোক্।
হীংলিতৈ পুন্সিনা চন্দকী মপোক্সিদা
নঙগীদমক্ হীংজরমগে মালেমলৈমা ইমাও।



১৭শুবা

# হীংমিন্নসি লান্ তৌনদনা

হোঃ মতৈ হোঃ মীতৈ হোঃ মতৈ
থাঙ্গী জগায় শাখিসিরা,
লৈমগী খুংথেক্ উংখিসিরা ?

যেংসিলাওনে খুনিং কাংখত্ননা
তাসিলাহনে খোঙ্লেলসে নিল্লিবা
নোংচুপ্লোম্গী সভ্যতাদা লাঙলিবসে।
তম্থীরবা লান্গী খুংলাইশিংনা
অতিয়াবু শাম্নবুং ওস্চনগদবনী
পৈদ্রনা লৈবগুমলে মখোয়গীদি।

মুংহনখিগনবগুম্নে-মতথায়না ঐখোয়গী
থাঙগী জগোয়, লৈমগী খুৎথেক,
মৈতৈ/মীতৈ লমদম, মুংশিবসিদগী ।

মাঙহন্‌খিদ্রবদি অপুন্‌বগী খোল্লাওনা
চম্‌খিববা লান্‌গী খুৎলাইশিংশে
উৎ ওল্‌হন্‌খিদোয়ে মালেম, অসিসু ।

পাওজেল্‌সি খোঙ্গাং য়েক্কনবা
ফাওদোক্‌হন্‌সি নাকোং-নাকোং লাম্না
অপুন্‌বগী খোল্লাও শেম্‌হনা ।

তিংথো মতোন্‌গী লিক্লাগুম্না
চীংগদবা নক্তে মীওইবনা
থওহন্‌সি বীগ্য'ন হৈরবশিংদসু ।

অকন্‌বা', অশোন্‌বা থায়দনা
অমত্তং ওইবগী লীচৌংদা
হীংমীয়সি লান্‌ তৌনদনা ।

☆ ☆ ☆

**I want to ' Peace". No-War in this third modern world.**

—**Ng. Dhananjoy**

# পোখাহন্সি পুক্লিং

হীংবা, শিবা পুন্সি অমগী
মায়থীবা, মাইপাক্পা লানকম, অমগী
য়েম্লিংথা, নাক্ষেম্বা ঋতু খোং,চংকী
কপ্পা, নোক,পা হীংলিঙৈ পুন্সিগী
অসি নত্তবা মহৌশাগী খুংশেম, ?

ওয়মক, পুহ্নদা চংখিগনি শোয়দনা
লেম,হৌরোই কব্রিমত্তা নঙগীনি হায়দুনা।
মতম,গী কৈথেলদা লুক,মায়দা হাপ্পুনা
য়োনলিবনি থরাই কয়া মীওইবনা
য়োনখিগদৌরিবনি যুগ, কয়াগী মীরোল,না।

ইমুং মন্নুংগী অরাবা মুংঙাইবা
শরুক, থুংলীবনি নঙ,গীসু পুন্সিদা
থুংলরগদবনি পুন্সিগী লেং,ত্রবা নরলসু
লৌনিংত্রবসু পীরবনি নংগীসু "শিবা'
মীওইনা পোক্ল,বগী নরল,নি পুন্সিগী।

মায়থীবা মায়পাক,পা লানকম, অমগী
পুন্সি অমগী থেংনরিবা লান,কমদা
নীংহন্নবা লৈতনা মায়রোং খাদুনা
উৎলম,সি থৌনা হিংলিঙৈ মপোকী
ফুংলম,চংকী মীরোলনা নোংমতুংসু নীংশিংলক্নবা।

খতুগী য়াওরক্তা পুন্সিগী অহোংবা
খেৎনবন্থ কয়ানি অবা শুংঙাইগী।
শেম্‌লম্‌সি হৈকোল্‌-লৈকোল্‌, ভুরা-দলান্‌,
তাহ্নবা লৈহৌনবা সভ্যতাসিগী মমী,
হয়েংগী মীয়োলনা হঙ্গৎনা য়েংলক্‌পদা।

নোক্‌সি হয়াওবদা, কপ্‌সি অবাবদা
পুন্সি অমগী মখৈদু ফংনবা।
করিগুম্বদম্থ অচিক্‌পদা পোত্থাহন্‌সি পুক্লিং,
ধ্যানগা লোয়ননা বাথল্‌ লৌশিংনবা
মহুনম্থ ছাপ্‌কনি পুক্লিংগী পাঙ্গল্‌।



১৯শুবা

## ইঙা নোংজু লাক্‌পদা

লাক্লে, লাক্লে ইঙাগী নোংজু
কালেন্‌গী ওল্লাং মৈশানা নেমথখিবসিদা,
লৈরক্‌-কোন্‌শাং লৈখোম্‌ লৈনাং
শীঙ্গরে খোংকাপ্‌ খুদিং চবিৎ-চবিৎ।

কুম্‌থাই নোংহৌ মরক্তা য়াওজরক্‌পা
নোংথাং কুপ্‌খিবগী খোঙ্গেল্‌ অসিনম্থ
ঐগী বাথল্‌ ঐগী থম্মোয়বু
পোৎথাবা ফংহনদ্রে মীৎকুপ্‌ কয়াম্থ।

লেপ্তনা জিম্রি-জিম্রি চুমক্লীবা নোংলিক্লা
কুম্‌গী য়েম্নিং ঈরিক্‌স্রু ওইরনি।
উপাল্‌, বাপাল প্রুমক্‌স্রু হরাওক্লরি
য়াংগংলবী তুরেলস্থ মোমোন্‌, নোকচরি।

মনপোং, লাঙ্গোল্‌ শেম্‌জিন্নরি, শাজিন্নরি,
নাইমে য়েপ্‌খংনরি, কুঞ্জা তাখংনরি।
লৌবুক্‌ লাঙ্গোল্‌ খোয়রবগী লৌমীশিংনা,
অর তিতিগী ইশৈ শক্ররি।

কুমগী হজোই হাতমস্থ মুংতিগী
অহিং মীংশেল্‌, থাঙ্‌হুনা নোংগৌরি।
লৌরাং ওগদবগী লৈশা পাখঙ্‌শিং
ঙাইহুনা লৈনরি খুনুযা য়ুম্‌থাং-খুদিংদা।

ইঙা কুম্‌দম্বী খোঙ্গমাম্‌, কপ্‌চেম্বী
শিংখ্রী নঙ্‌দি মীংকী পী
মসিত্তনা পক্‌চৈ নঙগী ঋতু
মহৌশা কৌবা লাইবেম্বীনা শেম্বীরক্‌পদা।

☆ ☆ ☆

২০শুবা

# খল্লগন্নু অরাবা

হিংনবগীদমক্ পোক্লক্লবা মীওইবা.
হিংলি শিবা ঙাইদুনা।
মীওইবনা মালেমদা খুম্হোক্লক্তৈদনী
নীংশিং ফুরা নত্তনা,
করিবু লেম্হৌরিবগে ?

লাইওইশ্রবশিংগী নিংশিং ফুরানা.
করিবু কান্নখিগদগে হিংলম্বগী ?
সম্রাজ্য কয়া লাল্লক্লবা
মীওইবগী চায়োল শুরোল্না
করম্বা পান্দম্গীদমক্কো হিংলমজিবসিবু ?

শতাব্দী অমদগী শতাব্দী
সভ্যতা অমদগী সভ্যতা
লান্দুনদি লাক্লি মীওইবা।
করিবু তৌখিগদগে মীওইবনা,
তন্নচন্নুংদা মুংখিগদৌবা মালেম্গীদমক্ ?

তম্খিরবা থৌদোক্শিং হৌরবনু.
তুজুংবনা হেন্না মীপাইনরি।
লেম্জহৌগদৌরিবা মীয়োল্শিংগী খন্নুবদা
কাওদ্রি অকিবা বাখল্দনু.
খল্লুনু হায়বনু মরাদেদা।

অয়েম্বনি মীওইবগী ৱাখল,
সংসারদা অপাম্বা য়াওদ্রগদি,
মীনম্বনি তাইবংগী পুন্সি।
নীংঙম্দবা মপোক্কা পোক্লবা,
ইরোইবা মপা থুংদবগুম্বনি।

নোক্লো, হরাওরো, মুংভাইরো
কংজরিবৈ মীওইবগী মপোক্সে
তম্বা ঙমদ্রবা লাংঙন্দুগীদমক,
খল্লগম্নু কিরুগম্নু বাকগম্নু
ঈনিং তম্মা হিংহৌরো।

হৌরবা পুন্সিগী নীংঙম্হৌদ্রবশিং
নিংশিংলগা থম্মোয়দা লাইমন্নী
কাওঙম্দ্রবা অবাবা থৌদোক্শিং
নিংশিংলগুম্সি অমুক্ নৌহৌনা
পুন্সি ইতিহাসকী চেনাম্মুংদগী।



২১শুবা

# ৱাখল্গী শান্নফম্

ৱাখল্দে প্রকৃতিগী মশাইকোন্দা শান্নজনতা লৈ,
ঐনা করিগী পান্নরিবনো থঙ্দে ?
মুংঙাইরবা তাইবংপানসিদগী হেন্দোক্লম্ব থন্দে
মসিবু ঐহাক্না থন্ববা ওইরিদরা ?

মহৌশাগী ফজবম্ব থাবগী লোম্নাইদে,
থুংশেমগী নীংথিবা কয়ানা মপাল, তাংজরিবা
য়েংবগী পেম্নাইদ্রবা কয়া অসিবু
তাইবংশিংগী মীৎম্নাশিংদা খেৎনবা লৈরিদরা ?

থম্মোয় থুদিংদা ফাওরিবা মুংশিবগী ইথক,
পুন্সি ঈচেল, থুদিংগী লোইনা মান্নরিদ্রা ?
ৱাখলগী ঈচেল, তিম্নরমদ্রবা মীওইবা কয়া
আশাগী পম্বুংফমস্ত তিম্নবমদবনা কায়নপ্রবনি।

পুন্সি ঈচেলগী ঈপাক্তা তিল্লগদবা মীওইবা,
করিগী অমুক, শেৎন-থাইনবগী মৈরিনো ?
করিগী খলহল্লি অপাম-মুংশিগী ৱাখল,
মসিবু মহৌশানা পীনবীবা থুদোললা ?

ঈথক্তা হৌরিবা ইপোম্না কারিবা;
যৌবন পুন্সিগী তথকপা ৱাখলসিনা।
করিবু ফংহৌরিবগে কায়নপ্রবা মুংশিবা,
লেমহৌরিবা মীৎলুগী পীন্নাং নত্তনা ?

উরুবা থুদিং মহৌশাগী "ফজবা",
কৌব্রবা পুন্সিগী আশাবু নীংশিংহনা
মীংয়েংদগী ভাম্‌ৱবী কুনাঙগী অমগীদমক্তু
করিগুম্বদা ওইরুরি রাথল্‌গী শান্নকম্ ।

চাংজৌ নাইত্রবা রাথল্‌নদি থল্লি,
মওল-মওল, পুন্সিগী মীৎকুপ, থুদিং ।
নিংথীবা লৈরাং উরুবে মুংওল্লি
করম্বা মায়াগী লাংদা থুরবনো ?

মোংফম্না ভাইরি লৈরোলমুংদা তিলহন্‌গদবগী
পুন্সিনা হিংলি শিগনি কাওথোক্লুনা ।
থরাইনদি পামদরি লাংওন্ অমত্তু,
থাথদি ভম্রোইকো মতম্‌গী ঈচেলসিদা ।



২২শুবা

# লান্

মীওইবনা মীওইববু য়েক্নবা ওইদুনা
নাকল অনিগী নাকপাক্ তানদুনা
মীগী তেঙ্গোল তেংগোল শেমদুনা
লানপুং চায়বা অমা থমদুনা
চাৎনা শুনরগা অঙম্বা তাম্নদুনা
অকম্না অশোম্ববু তুংংনবা 'হাৎনদুনা
থৌদাং ওইনা পাঙথোক্ত মীওইবনা লান্ ।

অকম্না অশোম্ববু তুংংনবা ঙম্বা
মীনা মীবু হাৎনবা লোইবনা
লানপুং অমদা মাথপাক্পা শক্নবা
মথোয় অদুনা চবাওই লানঙম্বদা
নোক্-খেদুনা তিংঙমই মালেম্সিদা
থৌনা-ফবা শক্ত মীওইবা মরক্তা
মহা পাপকী মশক ওইরবা লানদুগী ।

লোম্নরি "লান্," মকম থুদিংদা
মালেম অসিদা হিংলিবা জিবশিংনা ।
তুংংলি অকম্বশিংনা অশোম্বশিংবু লেপ্তুনা
হিংলি অঙম্বশিং অহুতমক্ জীবওইনা
মালেম অসিগী মচি থুদিংদা ।
লোইবা নাইরোই "লান" মালেমসিদা
মহৌশাগী থোঙলোইনি জিবা কাংলোনগী ।

**"War" is the natural great crimes of every species.**

**Ng. Dhananjoy**

# চাক্‌হল্ল অচুম্বগী মৈরি

মীওইবা অমনা মীওইবগী খম্বদা
পুন্সিগী অমাঙ্-অত্তোং থীজনা মীওইহনবা
ওইরবনি যুগ্‌সিগী অনৌবা লম্‌যাম্বা।

উনা-উনা মীৎ তাঙবগুম্, হিংলবা
তানা-তানা না পঙবগুম, লেমবা
লেমহন্‌গন্থ মীওইদুনা অনৌবা সরকার।

চাক্‌হল্ল্‌ তাইবংপাম্বসিদা অচুম্বগী মৈরি
শিল্‌হল্ল্‌ অত্তিয়া মৈরিদুগী মঙাল্‌না
তুমদোক্‌হন্‌খায়া নোংলৈনা অয়াম্বা কয়া।

নরকী কোমদা চোংশিন্‌লবা পাপীশিংবু
চিংখৎপীয় নখুৎমক্না ওমকবা পাজলনা
চেম্ব্‌ বাথল্‌দম্ব উপকারগী পুক্নিং।

পুন্সিগী লম্বীদা লম্‌জিংবীনবা য়াওদনা
লমুক্করবা বাথল্‌শিংগী লম্‌থুংকম, খীত্থনা
থাংলম্মু খোঙ্‌থাং অচুম্বা লম্বীত্থদা।

তৌরবা ঈতিহাসকী অয়াম্বা খন্দোক্নুনা
মাঙহল্লসি লাক্‌দোবা চৈননবা কয়াবুস্ত,
খনগৎসি অকবা অচুম, অয়ান্‌'হ্‌ক্লগী।

অকবনা মতাইদা নাথৈহনা লৈরম্বা
অনৈবনা ময়াইদা ঈচেল, ওইরম্বা
হোংহল্লসি সমাজশিংগী লীচম্ব কয়াসে।

☆ ☆ ☆

২৪শুবা

# ইমা লৈরাক্কীদমক

কপ,কদবা নত্তে লান,ক্ষম চংলম,দাইদা,
মোক্না বীদাই পীগদবনি কনাগুম্বদা।
ঈরৈবাক, ঈজাতিগী নিংতম্বা ঙাক্লবা,
নীংহম্নবা লৈত্রবা রাক্ষস,শী থৌম্নানা
মাইরোং য়াগদবনি যেক্লবা খুদিংগা।

হোঃ নহারোল,, চাওখৎপগী মতাম, কংলবশিং,
ঙাক,উ নখোয়না ইমা-লৈবাক্কী নিংতম্বা।
নখোয়গী নখুত্তা লৈরিবনি নিংতম্বা,
কাওগনু রাখল,তুনা স্বাধিনতগী ফিরাল,,
পোক্লবদি শিরগদবনি, হিংলবদি নিংতমগদবনি।

নিংতম্বগী ফিরাল, ঙাক্কুনা হিংবনা
ওইগদবনি অচুম্বা মীওইবগী থৌনা।
মীনাই নাইথাংগী পোৎলুম, পুত্থনা
যেক্লবগী খুয়া উফুল, তুশিংনা
হিংগদবা নত্তে মীওইনা পোক্লগা।

হিংনবগী লান,ক্ষম,দা নিংতম্ববু য়েংন্দুনা
যেক্লবগী লোইলম, ওইহনগদবা নত্তে।
ঙাইহাক্কী ওইরবা নিংতম্বা অতুগীদমক,
তুংলম,চৎকী মীরোল্শিংবু কনহৌনবা হোৎনত্রবা
কৌরোই নিংতম্বা মীওইবা,ফুরুপ,কী।

মালেমদা হিংলম্বা মীওইবা কয়া
মমা লৈবাকী নিংতম্ববু ঙাকপ্দা,
ওইগনবনি মখোয়গী মীয়োলচুগী থৌদাং।
ঙাক্সি ঐখোয়মু লমদম্সিগী নিংতম্বা
পোকফম লমদম্, ঐখোয়গী ঈরৈবাকৌদমক্।

☆ ☆ ☆

২৫শুবা

# মহৌশাগী খোঙ্লোয়নি

ঙরাং ঙরাং হায়দুনা
ঙরাং কয়া চৌখিদো।
ঙসি ঙসি হায়দুনা
ঙসি কয়া লাক্উদ্রে।
হয়েং হয়েং হায়দুনা
হায়েং কয়া লাকনি।
প্রকৃতিগী খুংগংশম্মী মহৌশাগী খোঙ্লোয়নি॥

থরায় মানা লাংশুন্বা
পুন্সি ওইনা হিংঈদে।
হকচাং পোনাং শেম্লকপা
মালেম্ লৈশাদা তিনখিনি।
হয়া কনাবু য়েংলম্দবা
কনানসু খাম্বা ঙমখিদবা
প্রকৃতিগী খুংগংশম্মী মহৌশাগী খোঙলোয়নি।

অমম, অঙান্ থায়রম্বা
খেংনব, কয়া উহন্‌বা,
তাইবং চিঙ্গাক, কৈরম্বা
অহাও হাওতা নহিরম্বা
তাইবং খুল্লোক, তম্বীরম্বা
মপুগী শিম্বা নাইরম্বা
প্রকৃতিগী খুংশেম্মী, মহৌশাগী খোঙ্‌লোয়নি ।

শাবু ওইনা শাইওন্‌বা
তাইবং ওইনা লাংওনবা,
হৈরাং ওইনা পাল্লম্বা
লৈরাং ওইনা শাংলম্বা,
ঈচল্ নাইনা চেল্লম্বা
মৈরি ওইনা চাক্‌লম্বা
প্রকৃতিগী খুংশেম্মী, মহৌশাগী খোঙ্‌লোয়নি ।

অমম্বা অহিংগী অতিয়াদা
থবানমীচাক্কী শঙ্গু, শঙ্গু,
তাম্নবা লোইবী চিংয়াদা
শংবাম্নবা উপাল্ বাপাল্‌,
ঈরোম্‌ংদা মমী তাম্নিবা
লৈরবা অতিয়াগী মমী
প্রকৃতিগী খুংশেম্মী, মহৌশাগী খোঙ্‌লোয়নি ।

☆ ☆ ☆

২৬শুবা

# মঙোল্মগী হৌবনি
# মঙোল্দম্ভু লোইরগদবনি

স্নুমীৎ, থা, থবান্মীচাক,, মালেম্
করিগীবু শেম্নখনো তবঙ, মালঙ,পানসিদা ?
করম্বা কনাগী থৌওং থোইনশিন্না
করিগীদমক, ওইহল্লক,পা খুৎশেম্নো ?

ঙক,লম্ভ ঐহাক,স্তু অহাম্বা উরুবদদি
খল্লক,পা ব্রাখলনা হৌগংলকপা মীৎকুপ্তদি ।
মপাল, নাইরমত্রবা ব্রাখল,গী সংশারসিবু
করি অমুক, হায়রুগনি অঙক,পশিংহৃবু ।

মাযা মরিচিকাগী লাংদা থুরুরগা
তাইবংগী অশেংবা শক্রোন্ লোরুরগা
ঐগী ব্রাখল,গী চাংজৌ লাম্দুনা
কারগী অমুক, খল্লুখিগনি ঐনা ?

খঙ,লে পুক্নিং ঐগী ব্রাখল,
ভসিদি লোইনা মচা খায়হৃম্বিরে ।
ম্নুংবংনরুরবা ব্রাখল,গী লাংথাক, অহুদগী
ঈনিং তম,লে অঙক,পগী মখা পোন্দরে ।

তরঙ মালংপানসিগী মপু ওইরিবা
থবায় পাম্বা, পান্দবা পুম্নমক,পু শেম্নীবা
মহাক্তগী খুৎশেম্নী অঙক,পনা থলহাল্লবা
"ঈশ্বর" মাতগী তাইবং লিল্লাগীদমক, ।

হিঃ য়াই পুম্নকী মপু ওইরিবা
জিব থুদিংমক্তগী অথোইবা ওইরিবা
ক্লোঃ তাইবং মীওইবা চক্রগুমসিং
পঙ্‌থবগুমসি পুক্নিং খল্লগুমসি নৌহৌনা।

অতৈ করিম্ন লৈরম্‌লোই থীরকহনা
কন্নদগী কন্না ওম্নদগী ওম্না
মহৌশা প্রকৃতিগী থৌদাং লৌরিবা
ঈশ্বর লৈরি পুক্নিংনা কাওগনু।

চাওখৎলবা মীওইবগী বীগ্যানা খঙ্‌লিবসু
বীগ্যানবু শেম্লক্‌খিবা মপুদুনি নিংশিংউ।
ঈশ্বরগী থৌকনশিন্নি মীওইবনা চাওখৎলিবসু
মঙোন্দগী হৌবনি মঙোন্দসু লোইরগদবনি।



২৭শুবা

# কয়াৎলোন্ নিংশিংনুবদা

করিগুম্বা ঐনা সংশার সি লাম্না উরম্ববা
তরঙ্, মালঙপান্দা লৈরিবা পোৎলম্শিংসি থঙলম্ববা
ঐগী ঈমীৎ অনিসি পাল্লম্দবস্তু য়ারম্গনি,
"বাখল্," হায়বসি খল্লমজ্রবস্তু য়ারগনি ।

তরঙ মালঙ্পান্ অসিবু পুম্না উরমদবনা
তাইবংপান্সিদা লৈরিবা পোৎলম্শিংবু থঙলমদবনা
উতম্বীনবগীদমক্তা ঈমীৎ অসি পাম্বীরম্বনি,
থঙহম্বগীদমক্তা বাখল্ অসিস্তু খল্হন্বীরম্বনি ।

তাননবগীদমক্তা পাল্লম্লিবা "না" অনিসিনা
করিগুম্বদা পাল্লদ্রবদুনা তাবা ফংলম্জ্রবা,
চাংনরিবা নিল্খোঙলিবা কয়াসি তারম্দতুনা
তাইবংপাম্বসি মৌনবস্তু তৌরবোই নিংলম্গনি ।

পাল্লম্লব "নাতোন্," অসি পাল্লম্দতুনা
করিগুম্বা মাগী মথৌ লৈরমজ্রবা
থেংনবা কয়াগী মনম্শিংবু থঙলম্লোয়
ভুংশাম্বর ছোম্বদস্তু য়াম্না বারম্গনি ।

ঐগী "লৈ" অসি করিগুম্বা যাওরম্জ্রবা
অহাও হাওতা খাযরিবা কয়াসিবু
থঙলম্লোই চাখিবা পোৎশিংগী মগুন্শিং
থডুনা বা তাংবস্তু য়ারম্লোয় ।

পাখী-রম্বা য়াশিংসি করিগুম্বা হৌরমজ্রবা
করিগুম্বদা পোৎ অমত্তম্ভ শায়বা হায়ম্‌জ্রবা
চাপদবা করাম্ব চাবা ফংলম্‌লম্বা
পুম্নি ওইনা হিংবদা বায়ম্‌গনি।

ঐগী ইখুৎ অনিসি পাল্লমজ্রবা
গুবা, নোম্বা, শেৎপা, চাবা ইবা
মীওইবগী লৈরম্‌লিবা থবক্ খুদিংমক্
করিম্ভ তৌবা য়ায়ম্‌লোই ঐনা।

ইখোঙ্‌ অনিসিনা পালমদবা তারবা
থাংলম্‌লিবা পুম্নিগী খোঙ্‌থাঙ্‌ খুদিংমক্‌
থাংবম্ভ য়ারমলোই পম্থুংনিংবম্ভ ঙম্‌লোই
পাম্বৈ ওইরিবনি চৎনবগী, লেপ্পবগী।

ঐগী ইচিলসি করিগুম্বা নাইরম্‌জ্রবা
খোঙ্গেল থোক্পা হায়নিংবা কয়াবু
কোংদোক্‌পা কংলিবসি কংবা ঙম্রোই
চিঙ্গাক্‌ হায়বসি চাকম্‌ম্ভ লৈরমলোই।

য়েংসি তাইবং ঐখোয়গী পুম্নিসে
তরাগী চৈগুনা লেংখোঙ্‌ ফাই।
অমত্তনা পুম্নি শেম্বা ঙমজ্রবম্ভ
কয়াৎ কয়ানা শেম্‌খিবা হক্‌চাংনি।

☆ ☆ ☆

২৮শুবা

# লেঙফদ্রবা হৌরকফম্

"হো... য়া -- য়া হো ... --- য়া
য়ায়া য়ায়া য়া "
কুম্‌ওন্‌গী হয়াঙ মখোই কাম্বিবা
খুঙ্গা য়ুমথোঙ্, খুদিংগী
হৈকং লৈকং ভম্‌জবা
চিংঙ্‌ লাইরেম্বা লাইরেম্বীগী
খোঙ্গয়ুম মপাও হংজবা।
উমং লাই হয়াওবা
মৈতৈ ঐখোয়গী খুন্থোক্‌লোন্
অরিবা ফুরুপ্‌কী শক্তম্নী ।

অরিবা শক্তম্ যোকখত্নবা
ঈনাংকী চৎনলোন্ কায়দনবা।
ঐনা ঐবু ইশক্ তাক্‌চনবা
হয়াওসি চৎনলোন্‌বু ভাক্নবা।
অরিবা মৈতৈগী কিলেং,
মৈহৌরোল্‌গী পেনা। কাংজৈ
ভংন থানহৈজবা লন্‌গৈনি ।
অমাইবা অমাইবীগী কাঙ্‌লোন্দা
অরিবা খুন্থোক্‌লোন্ তাক্‌লীবা
লাইরোল্, ওইরিবা লোন্‌গৈশিং
মুংকত্রবা অরিবা ঈরোল্‌নি ।

মালেম লৈশম্‌লোন, লোইশ্রবদা
নমু তাইবং শেমদুনা
তাইবংগী, খুম্মোক্লোন, উংগনি ।
লাংওন্‌, লংদাই তাকুনা
হয়িচক, খুন্থংচক, কোনচক, লাংবচক,
মৈহৌরোলগী, অরিবা বান্নিনি ।
চিংব্রোই তম্বুরোই অনিগী
তংনা থানবা য়াদনা
হিংমীরবগী অপুন্না শক্তম্নী ।
পোইরৈ মৈতৈ লমদম্‌দা
ইপুগী লৌনি য়ান্‌খিবা
আঃ মমাংগী ইতিহাসতুদা ।

হোঃ য়াল্লো হোঃ যান্‌সে,
অপুনবী পাঙল, শেমদুনা,
থাল্লে লৌবুক, যাল্লম্বা
তাইবং চিঙ্গাক, থারম্বা
খোইবী খাইরেল, লোকলম্বা
মুরুপ, ঐখোয়গী শিন্থানি ।
সনা কৈথেল, কমদুনা
অয়োন্‌ পোৎপু লৈরম্বা
তরেৎ শেঙ্গা নাইরম্বা
শেম্নীৎ লোনগী শক্তম্নী ।
তাংখুল্‌ হুরাবী অনিগী
মুংশি ঈথক, হৌনখিবা
তাইবং থম্মোয়গী লিচৎলি ।

চঞৈ ফিঙৌ শেত্নুনা
থ্বাংচেং মচৌ লাংলৌবী
অমাইবী ইমাগী কাংলোম্নি।
চিংঙ্ লাইমাং ফম্‌থুনা
খোয়ুম্না পীরিবা লাইরোল্‌শিং
বাংউলোন্‌গী অশেংবা ফিদম্নী।
চক্‌ কয়া লাল্লক্রবা
খুম্নুং লোনচং অরিবা
তাবুম্নুংগী কায়ফত্রবা ঈয়ল্‌নি।
মৈতৈ ঐখোয়গী লেঙ্‌ফদ্রবা
হৌরক্‌ফমত্নগী খাঙফম্নী লৈরিবা
উমং লাই হবাওবা।
য়োক্‌খংসি, কনমৌম্নসি ঐখোয়না
মালেম্‌দা ইশক্‌ তাক্লবা ॥



২৯শুবা

# থাংদোকক্রিঙৈ খোঙথাংনা

নঙনা লৈরিবা খোঙ্‌ফম্ অদুদগী
লমথুংফম, অমদা চৎকে নীংলবা৷
তিংখঙ তুম্বী লৈরম্বস্ত য়াই
সনাগী থম্বাল, শাংলম্বস্ত যাই
লুপাগী সিংহাসন্ থারম্বস্ত য়াই
খল্‌হৌসি মুম্না থাংদোক্ক্রিঙৈ খোঙ্‌থাংনা।

কব্রিগুম্বদা লম্বী লম্মাংনখিবস্থ খঙ্‌দে
লমথুংফম, য়োঙমদনা চোক্‌খখিগনি তমঙমদে
য়েক্লবনা ভাইদুনা লৈরম্‌লোই হায়ভম্‌দে
অফবা৷ ফত্তবা অনিগী খেৎনবা
অবাবা হুংভাইবা অনিগী মান্নদবা
খল্‌হৌসি মুম্না থাংদোক্ক্রিঙৈ খোঙ্‌থাংনা।

মহৌশানা হায়নবা অমস্ত লৈরিবদুনি
মীনা নীংবনা অমা ওইরবস্ত
লাইনা তম্বনা অমা ওইবদো।
অফবতা ঈশরুক, ওইরবদি মফেদো
ফত্তবা হায়বসিস্থ পাম্‌দেকা য়াদেদো।
খল্‌হৌসি মুম্না থাংদোক্ক্রিঙৈ খোঙ্‌থাংনা।

কনাগুম্বনা অফবতা ওইরক্‌পা লম্বীদু
নহাক্‌স্থ শোয়দনা থুংগনি নীংগস্থ।
কনাগুম্বনা নরকী কোমদা তাগ্রবস্থ
নরকী লম্বী ভাক্তনি খল্লগস্থ
"পুন্সিগী খোঙ্‌চংনি লেপ্তনা থাংখিগদবা
খলহৌসি মুম্না থাংদোক্ক্রিঙৈ খোঙ্‌থাংনা।

শোয়গ্রবা পুক্নিগী লানগ্রবা খোঙ্‌ফম্‌দি,
পুক্নিনা পুক্নিবু ঈপাপ্‌ লঙ্‌শিঞ্জবনি।
মীওইবা মপোক্কী পাপ্‌ কয়াদি
খস্থহোৎদবা বাখল্‌গী মহৈনা ওইগনি।
লঙ্‌জরবা ঈপাপ্‌কী ইরাল কয়াস্থ
অকবা, অরুবা বাখল্‌না চাম্‌থৈদো।

মুক্তি ফংগ্রবা মহাপুরুষ কয়াস্থ
ধ্যান্‌গা লোয়ননা লৈরিবৈ খোঙ্‌ফম্‌দুদা,
খল্লবা বাখল্‌গী অকবা মহৈনা
ওইখিবনি মালেম্‌গী অথোইবা মহাপুরুষ।
মীওইবা ঐথোয়গী বাখল্‌গী থৌদাংদি
করিস্থ খন্‌থদ অকবতা নত্তুনা
খল্‌হৌসি মুদ্র থাংদোক্লক্লৈ খোঙথাংনা।

☆ ☆ ☆

৬০ঙবা

# অঙক্‌ পনিদকো মীওইবা

কোক্‌, অমা পানশিল্লে
খুৎ অনি পানশিল্লে
খোঙ্‌, অনি পানশিল্লে
হক্‌চাংগী শরুক্‌, য়াওহল্লে
শেম্নীবা ওইরিবা শাওংসিনা
ঙক্কবা ঙমদে থল্লরগা।

কোক্‌, অসি শেম্বদা
শম্‌, কৌবা হোৎহল্লে
মীশুম্‌, খবা হোৎহল্লে
মীৎ অনি পানশিল্লে
না অনি থাওহল্লে
নাতোন মথুল লৈহল্লে
চিন্বাল থক্‌-খা নাইহল্লে
লৈ অমা য়াওহল্লে
য়া কুন্থ্রা হোৎহল্লে
লোয়ননা৹ থোপ্‌কী শিংলি নাওরিনি।

খুং অসি শেম্বদা
পাম্বোম, মরু য়াওইরে
খুদাং. খুংনিং নাইহরে
খুবাক, খুনম, খায়বিরে
খুংশা মণ্ডা পাম্বীরে।
খুংশাশিং খুঙিল হৌহরে
খুবাকী মমি চিংবীরে।
খুংশা তাংশিং নাইহরে
শিংলি নাওরি তিংবীরে
শুবা নোম্বা য়াহল্লে।
খুবী, খুনাওবী, খুংতোম্বী খুনিংথৌ. খুংয়াই
খুংশাশিং মমিং তোঙাল্লে
অঙ,কপনিদকো মীওইবা।

খোঙ, অশাংবসি শেম্বদা.
কৈগল, কৈরু য়াওহৌরে.
কয়াক, খু নাইহৌরে,
খুবাম, খুনিং খায়বীরে.
খোঙ,পাক, খোঙ,নম্ নাইহৌরে।
খোঙশা মঙা-মঙা পাম্বীরে
খোঙ,শাশিং খুঙিল, হৌহল্লে।
খোঙ,য়া খম্বাল, লৈহৌরে
চংশা. চেম্বা, চোংবা.
লোয়না ওয়মক, য়াহল্লে
অঙক,পনিদকো মীওইবা।

হুক্‌চাং অসি শেম্বদা
শরু পোল্লাং নাইহল্লে
খবাক, নঙ্গল, খাঃহৌরে।
খোয়দো, খোম, য়াহৌরে।
য়াংলেন শরু নাইহল্লে
অমাংখোঙ, ঈশিংখোঙ, খায়দোক্‌লে।
শিংলি নাওরি শুহল্লে,
"থম্মোয়" থম্বাল লকাম্লুংদা
"থবাই" মাবু তুংনহান্না
চাক্‌খাও, ঈশিংখাও, পাম্বীরে,
খৌরিল খোযাবিল নাইবীরে
অঙক্‌পনিদকো মীওইবা।।

বাখল, লৌশিং কৈহল্লে
ভাংবা শক্‌পা হৈহল্লে
শেংপা ইম্বা খঙ্‌হল্লে
শুবা নোম্বা ওমহল্লে
অরাবা, মুংডাইবা খঙহল্লে
মুপা, মুপী খায়দোক্‌লে
চারোল, শুরোল কৈনরে
য়ুমলিং থুল্লিং ভোহল্লে,
পোক্লুবগী অমুক, হিংবা,
হিংলুবগী অমুক, শিবা
অঙক্‌পনিদকো মীওইবা।

☆ ☆ ☆

"Mortal is the nature of the every living life".
Words by:- **Ng. Dhananjoy**

৩১ভবা

# অহিংগী অতিয়াদা

অচিক্পা অহিংগী মমুবা অতিয়াদা
মনি মুক্তাগুম্ তগুপ, তরংনরিবা
থরাম্মীচাক, শঙ্গু নখোয়বু উরগা
করিগী মুংওল্লি ঐগী রাখল,সিনা ?

তোঙান্-তোঙান্ নঙগী-নঙগী লৈফম,দা
তুমীন্-তুমীন্না নরোলস্ থোক্লদবনা
ঙাল্লিবা অহিংগী অমম্বা অতিয়াদা
নখোয় মশেল, অমত্তস্ পুক্নিংদে ।

ধুর্তর', শজিক,-থাবা, খোংজোমনুবীনা
নিংথৌ তুরেল, শঙ্গাইশেলদগীস্ তোঙাল্লি ।
ইমা মালেম,লৈমগী মনাক্তস্ কোইরক্লে,
করিগীনো অমম্বা তরভমুংহ্দা ঙাল্লিবা ?

উরিবরা নখে যনা মালেমসিগী শক্তম,সে
মালেম,সিনা লৌশমক,ৈদগী কবিবু হোংলবগে ?
সভ্যতাসিনা কমদৌরিবা মীওইবা জাতিগী,
তম্রেনে নোংমত্তস্ নখোয়না ঐভোন্দদি ।

অচাংবা অতিয়াগী অমম্বা মরক্কুদা
অহিং, মুংথিলগী খেংনবা উংননবা
মহৌশা কৌনী লাইবেম্নীনা শম্লক,পরা
প্রকৃতিগী থৌইনশিল্লা নখোয়না ঙাল্লিবা ?

থোংজামম্বুবী তরেংকী মশাইকোলদা,
নোংমত্তম্ব পোত্থাজনিংই ঐগী থরাইসিনা।
শজিক্‌-থাবা, ধুঁবজবাসী-মপাওথোন্‌দ্ব ভাজনিংই
নিংথৌ তুরেল লান্দুনম্ব শারজনিংই।

হক্‌চাং পোন্নাংসিনা লৈরোল চনশ্রবম্ব
নোংমত্তংদি কোয়বক্কে থরাইসিনা নখোয়লক্কা।
শাসি বারি খেংনবা লাংওন্‌শিংগী,
করিগুম্বা য়োৌরক্লবদি নখোয়গী ননাক্তুদা।

মীওইবা ঐখোয়গী পুন্সি থোঙ্‌চক্তি,
কুম্‌জা থরনা অম্নম্মক্‌ য়োৌথিদো।
থাজ, থবান্‌ নখোয়গী পুন্সিদি,
যুগ্‌ কয়াগী শাইওল্‌ লাংওম্মীদো।

ফংজনিংইদা নখোয়গী মপোক্কো ঐহাক্‌স্থ,
লাংওন্‌ অমদা করিগুম্বা পোক্লবদি।
নখোয়স্থ ঐগী মপোক্‌সিবু উরগা,
ফাওদবরা পুক্নিংহুদা মীমুংশিগী বাথল্‌?

☆ ☆ ☆

# য়াওশঙ

নঙঙবুনি ঙাইনৱিবা শাৰী শানৌশিংনা
থাজ থানিলগী মেঙ,লবা মঙালদা
পুক্নিং হুৰবা অহিংগী থাবল,দা
লিৱি হুয়ক,পা মালঙগী তাম্বাদা।
শাৰী মাঙ্গী খুজেং পাম্লোইনা
শানৌ ইনেমচাপা লেংজুম ঙান্নবা
হয়াও মাথাই কামিম্নবা কংজবা
তাঙ,না কংজবা কুমওন,গী থাবলচোংবা
হোঃ য়াওশঙ,. হোঃ য়াওশঙ,
লমতা থাগী পুন্নিমাগী যাওশঙ, ।

চেংহি মনম, চুরনা নিঙোল,গী
শাইনোল তাবা শম,জিনা হরাওজবা
লুতুং তাবা শম্মাংনা খুংঙাইজবা।
নিঙোল,গী অনিংবা পুক্নিং য়াৱাবু
মাঙ্গা মকাদা পাওমেজ্ববা কংজবা।
নীংহন্নৰা পাখঙগী পুক্নিং ৱাথল,বু
অনৌবা আশাগী ঈৰিক, খিক্লিবা
হোঃ য়াওশঙ, হোঃ য়াওশঙ,
লম,তা থাগী পুন্নিমাগী য়াওশঙ, ।

পাখঙ্‌গী লেংজুম্‌ মতা অকবা
হায়না হুম্মা মশিং তমজবা
নিঙোল মাঙ্গীদন্‌ক, পাংথোম তিংজবা।
লকাম্বুং থম্মোয়গী থুক্কিং য়াবাবু
থম্মোয় গাম্বনা ঙুংশি চিংঙাক্কজবা,
কুমওন থুদিং ঋতুগী য়াওল্‌দা
তাংহোংবা নাইগ্রবা থাজগী থানিলদা
মতমগী লেপ্পাইড্রবা খোঙচৎকা লোয়ননা
চৎখি, লাক্লী, লাক্‌খিগনি, মথং-মথং
হোঃ য়াওশঙ্‌, হোঃ য়াওশঙ্‌,
লমতা থাগী পুর্ণিমাগী য়াওশঙ্‌ ॥

যৌবন পুন্সিগী অঙম্বা অয়ুক্তা
প্রেমিক অমনা প্রেমিকাবু থীজনদা
ফংহৈদবা লৈতে থম্মোয় তম্মরবদা।
কনানা শোক্‌খিদ্রবা নিঙোলগী থুজেং
কনাদা পাক্লক্লিদ্রবা পাখঙ্গী থুদাং
অমত্তা ওইনা থুদাপ্‌, শেমখিদে।
চিঙনবা পুক্নিংগী কিশি খোক্লুনা,
ঐদি নঙবু তশেংনা ঙুংশিজৈ,
নঙনদি ঐবু ঙুংশিবিরোই খঙ্গরা ?
হায়নস্থ হেক্তা কোংদোক্লবা য়ারবা
হোঃ য়াওশঙ্‌, হোঃ য়াওশঙ্‌,
লমতা থাগী পুর্ণিমাগী য়াওশঙ্‌।

কংলৈ পুংমেয়োল লমদমসিদা নত্তনা
মুংশিরবা ঈফুরুপ ঐখোয়গীতা নত্তনা
লৈরমজ্রবা খুন্নাইলোম্মী মালেমগী অতৈদা৹
অশ্নিবা চৎনরোল খুন্নাইগী শক্তম্নী।
পাখঙ, লৈশাবী অঙাং৹ অহল, খায়ত্রবন্থ
থাজগী মঙাল্দা চোংবা থাবল্চোংবনি।
তোঙান্-তোঙাম্বা ধর্ম্মশিংনা খোংদারক্তি লৈ৹
লৈরম্বা ঐখোয়গী থুম্মোকলোন্গী লিক্নমী।
খুন্নাইলোয়থ তম্বীনবা ঐগী ঈফুরুপ্তা
পুংবারিনা শেম্নবা য়েলহৌগী শক্তম্নী।
হো: য়াওশঙ হো: য়াওশঙ,
লমতা থাগী পুন্নিমাগী য়াওশঙ।



# ঈশিং

শঙ্নিংবা মচুনা শঙ্বদা
শঙলিবা মচুবু ওইজবা ।
শেম্নীংবা মওংবু শেম্বদা,
শেম্লীবা মওংবু তাকবা ।
মচু নাইদনা লৈরিবা
অকক্লবা শক্‌ঙং লৈতনা
অঙক্পা ঈশিংগী শক্লোম্নী ।

থবাই পাম্বা খুদিংদা,
থবাইগী থবাই ওইরিবা ।
পুন্সি কৌবা খুদিংদা,
চঙত্রবা যাত্রবা পোৎলম্নী ।
মাহৌশা প্রকৃতিনা শেম্লক্পা
ওইবক্লবা মাতগী মগুম্নী
অতৈ করিনসু শিনডম্লোই ।

পৃথিবী, পাৎ, তুরেল, মহাসাগর,
ঈশিং মাগী তুঙ্লমম্নী ।
মনিল ওইনসু ওন্দুনা,
লৈচিল, কৌনসু লাংওন্দুনা
করিগুম্বদা কোয়না পাইবনি,
মালেম, শিম্বা থুংবনি ।
অঙক্পা মগুন্গী শাইওন্নি ।

কোইনা চাওরবা মালেমদেঃ
মাগী শরুক, অহুম্মী।
লাইজ মাগী ইরোম্বুং
ঝিবা পাম্মা কয়াম্র
পুন্সি ওইনা হিংলিদো।
কোরৌ মৈশানা কংডম্‌দে,
মাগী মগুন্‌স্থ লোম্লাইদে।

☆ ☆ ☆

৩৪শুবা

## থম্মম্‌ মীংচৎ

যুগ, কযাগী থোঙ্‌শঙ্‌বা ওইনবা
থম্মম্‌ মীংচংকী লেঙ্‌জনা উৎবাং।
তাক্লম্মু পুন্যগী আশংবা লম্বী,
লাক্‌সন্ন নঙগী লমজিং মতাংলদা।

নাওয়্যাক, হৈবী মালেম, ইমাগী,
মপাবী মমোম, লিশিং লিশিংনি।
মতিক, মঙাল্‌ লৈরবা কয়া
থম্মমদে মাথায়গী লোম্লাইদ্রা’ বারি।

রাখলনা শেম্বা মায়াগী লংশোর,
মায়াগী পুন্সিনি কবিগী হায়রি?
তাক্লম্মু নহাক্না থন্যানি পুন্সি,
অমম্, অঙান্‌ অনিগী মরক্তা।।

করম্বা মপোক্কী করম্বা লাংঙনদা
থবাইগী শাইওন্না করিবু ওইখিনি ?
খঙঙ্গোই কনানা শায়ওম্লোই করিগ,
মপোক্কী অশোইবা তাইবং পুন্সিনা ।

ত্সানম্ব পোকওনদ্রবা মপোকসে কংলবদা,
করিগী চিংনরুগনি পুন্সিনা হিংবগীদমক,
অপাম্বা কংদ্রগা থবাই থাজরিবা,
পঙলবনি মহাক্কু মীওইনা হিংলম্বা ।

হায়নবস্তু লৈরিবনি অরিবা পাওরোদা
"নিংথৌ কাওবনস্তু মৈতাল বাংলি" ।
পুন্সি অমনা হিংলমই খঙনবা
থম্মু মীংচৎকী লেঙদ্রবা উবোং ।

☆ ☆ ☆

৬৫শুবা

# থৱাইনা কৌরক্লবদা

মমাং সভ্যতাগী অরিবা ফুরানা
কিন্নগদবগী লৈবগুম্ ভাইতুনা মানা
মন্থরক্লে পুন্সি আশাগী যুরাসে ।
লেংথাংজবা ওমত্রবা চক্চাং পোল্লাংসে
মশেল মবাংনরবা বাথলগী মমিলক্তা
ভাইতুনা লৈবগুম্ম যমগী নিংথৌনা !
অওম-অঙম্বা তুহৎনবা তাইবংপাবসিদা
ময়া কাথোরক্লে মরৈ তম্রক্লে,
কোইতান, তামরক্লে ঐবু বাহনে ।

কোয়চেল চেল্লি হিংলমখিগে খল্লি
পামদমাল্লে. পুক্নিং বাখল,না ''আখ্বাসে''
থাদোক্লুম চংখিগদবল্লে হকচাং পোল্লাংলুংদগী !

অহুবু, মতমগী দোলাইদা ভোংহনা
তাম্বরক,ই ঐবু কাগদবগী কোইতান,
ওঃ ঐগী অয়োরবা মীংকুপ, লাক্লমাল্লে ?

নৈহংলাক্লু নূ-তোং হক,চাংগী কয়াংশিংদা
শোল্হুবক্লে পাজল, মাঙ,ল্লে থৌনা
মম,শিনক্লে অঙাংনে বাখল,গী লম্বীসিদা ।

ভাইবং শিল্পা লাক,পনি ঐদি
ঐবু শেম্বীবা মপুগী মীংথৈ
শোল্হবমগে পুক্নিগী আরাইবা মীংকুপ,সিদা

তাইবংপান্বসি থাদোক্লুনা চংলম,লাই মীংকুপসিদা
তাইবংদা কুইনা পান,ভম,ল্লবা থবাইসিনা
শিল্লুক্রম,গে হক,চাং পোল্লাংসে মালেম,দা ।

মম,শিল্লক,লে মাথক্কৈ থুদিং ভাল্লবা
শোল্হবল্লে পুক্নিং বাখল, মাংলবা
ওইরল্লমাদ্রা ঐহাক্কী অয়োয়বা মীংকুপ, ?

কৌরক,পগল্লে শক,খঙদবা অমনা ঐবু
হুদোল্লক্লে মলবা হক,চাং পাল্লাং
থাদোক্লুনা লাক্লা তাইবংপান্বগী লুংডাইবা ।

☆ ☆ ☆

# চৎখিগনি থরাইনা

লৈখল শুনা হৌনা লৈকোলনি
নীংথীনা শিংগুলনি শাৎকায়বদা লৈনানা।
মপু পাঙ্গবা লৈকোলশুম্না য়েংবদা
লৈখোঙ, শঙবা লৈত্রবশুম মালি'মা
চিন্নদনা কেলহন্‌শুমসি লৈরাং কয়া।

তাম্থোক্‌খ্রো লৈপাম্বা খোইরাবশিং লম্‌হেন্বা
চিবোল হৈবা তাংতৌবশিং লৈরাংলক্কা।
মহৌশা তাইবংগী লৈকোলসে নিংথীবা
মচু নাইহন্দবশুমলে শিঙেলগী লৈখল,
খোঞ্জেলহনা মাগী শুন্‌-শুন্‌ হায়বা।

উরুবগা মাতৌদা খোইরাবা মাগী
লৈকা থুদিং লৈছি চুপখিবদো
খোংবাবা মাগী মহৌশাগী লিচম্বো
তমহন্নশুমসি অঙাওবা তাইবংগী বাথল্‌দা।

ম্বুপিজান্ন,

তাংজবীনি হায়দুনা অতক্কস্ন শোনকদে,
য়ুমগদবা তিংখঙস্ন উনা নেংকদে।

ম্বুপাশিংস্ন,

নিঙোল মপোক্‌ লৈরাংগী পুন্সিসে,
ঙম্মী হায়দুনস্ন নৈহৎপীবা হৌনদে,
য়েং, ওইনি খন্দুনা হিংমীনসি ॥

করিগী থল্লগনি হিংলিদৈ পুন্সিনা,
ঙাইহাক্কী নুংঙাইবা নুন্নানগী পুন্সিবু ?
কাংলুপ, নাইন্নী হিংলবসু মীওইবা
নুপী, নুপা খায়রবসু মীওইবনা
পুন্সিগী শক্তম্‌দি অমত্তংনি মাম্নরিবা।

চিরক্রবদা নঙগী কনা লৈহৌরোই
ঐখোয় মীওইবগী "শিবা" হায়বসু
ওইখিগনি কাওকদে তাইবং মপোক্কি।
ঙরাংনা হৌখিবগুম, খাম্বা অহৌদনা
চৎখিগনি "থবাই"না তাইবংপাম্বা খাদোক্লুনা।

চিন্নদনা কেনগ্রবী লৈরাংশিংগী বারি,
করিবু কান্নগদি ইতিহাস ওইক্লবগী ?
করিবু কান্নগ্রবগে অঙাওবা মালঙনা
তুহংলম্বা, নৈহংলম্বা, মাঙহল্লম্বা, নত্তনা ?
চিন্নদনা কেলহনগুমসি লৈরাং কযা।



# থাংলসি খোঙথাং

অমম্বা, অঙাংবা অনিংবী ময়াক্তা
অরাবা স্নুংঙাইবা খেংনবা থমত্তুনা
হিংবগী আশাদা বাখল্‌না শান্নবি ।

পুন্সি অমনা চিংখিবগুম, মাঙ্‌লমচত্তা
ঙসিগীদমক, লোম্না নাম্লদা পাওদমলম্বগুম,
চিয়োল, তৌবমসি হায়েংগীদমক, কনাদা ।

চঙংনা চেন্নৈদবগুম তুরেলগী ঈরচলনা
পুন্সিনা চিংলি মতমগী খোঙচনা
পাম্মুই শোলগৌই চৌথ্রবা মতমবু ।

চৌথ্রবা মতম মহাক্কি লাক্লাবাই
নিংশিংবত্তা ঙাইবনি ঙরাংগী বারিস্ত
হায়েংগী আশাদনি মীৎকুপ্‌সিনা হিংলীবা ।

উপালনা লেপ্পীবগুম মাগী চৌকমদা
কবিগী হিংলুগনি লানথোকবগুম মীওইবনা
থাংলনি খোঙথাং চংকদবা লম্নীদা ।

মচু কয়ানি শঙনিংলিনা মীওইবনা
লম্নী লম্ফাংনি চংকদবস্তু ঐথাযনা
লম্ম্‌ক্রগদবা নাত্তে মায়াগী বাখলদা ।

য়েংচৌসি কনানো মাঙদা চংখিবা
লম্‌জিংবীয়ু চায়সি অথঙবা কনাদা
পম্ম্‌ংদো য়োনবা অমম্বদগী অঙাম্বদা ।

তরঙদা লৈবনি গ্যানগী পুকৈ
মতমগী খোঙচত্তা ঋতুগী য়াওল,
হেক্‌পা হৈবনা কৌগদবনি অহৈবা।

☆ ☆ ☆

# সনা খোংনাংদা

লম্বোগী চিদাইদা লেপ্লীবা
হেঃ লাইওইরবা সনা খোংনাং
লেংমান্নবা তাইবংনা থুপ্‌থ্রবদা,
নহাক্তি লেপথৌরি লোন্‌থোক্কনা
লম্বীগী চিদাই অসিদা।

লীরম্বরা কনাগুম্বনা নঙোন্দগু
নখোঙ্‌খাদা ফম্‌হনা পোত্থারগা
তাইবং মপোক্‌, ওইবগী
নিংঙমদ্রবা পুন্সি কয়াগী
অবাবা, মুংঙাইবা য়ারিশিং ?

উমঃ লোম্মোক্কবগী নঙনা তমজ্রবনি,
খঙলমগনি য়ারি কয়াদি।
হায়বৈ ব্রহ্মানন্দ পোক্‌ওমদে
তাইবং মপোক্‌ ঐখোয়সে,
য়াইদা হিংবস্থ পুন্সিসে।

মসিনা পুন্সিগী য়াবিনি
খঙহৌ ঐগী য়াবিসু।
তল্লবাইদবদো মঙনা কনাদা
তমহল্লিংদ ঐগী মরমগী
অরাবনা ঈশরক, ওইকবনা।

অবা মুংডাইগী পুন্সিনি।
লাক্‌খিনি ঐগীসু মুংডাইবা।
মীৎকুপ কয়া ডাইরক্‌পনি
মসিনা ঐগী আশানি
লিগেৎকী মুংডাইবঃ য়ারিসু।
য়াংল্লিবগী মরমসু খঙহৌরো
নত্রে অতৈ করিসু।
মাযা মরি — চিকাগী
ওইনিংবতা ওইবা য়াখল্‌গী
পুন্সিগী অরাবা য়াখল্‌তুনি।

মীনা মীবু ওৎপীবনা
চৎনবী ওইরম্বা তাইবংপান্সিগী,
নৈহৎপীরবা পুন্সি কযালক্কা
তিংগদোরিবা ঐগী থবাইসিনা
ছিংনবগী দমক, খল্লুবদা য়াজবনি।

শোইনাইরবা পুন্সি কযানা
য়ানা তিংলিবা পুন্সিবু
উকরগা য়াজবা থশোয়নি।
কনাগী অবাবা য়ারিসু
তাক্লরগা মুংনাংবা পুক্লিংনি।

☆ ☆ ☆

১৭শুবা

# লোক্তাক্

ভারতকী নোংপোক্ চিদাইদা
পীক্লবা চিঙোল'মুংসিদা,
পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্কী
পুবারি মিংশেল ওইরীবী
মহৌশাগী তুংনফমস্তু ওইবীবী
নিংথীবী লোক্তাক্ ইমানি।

লেমলৈ থ্বাইগী তুংনফম্
চেক্লা শঙ্গু চাক্তাফম,
মুমীৎ, থা, থবান্মীচাক্
গ্রহশিংগী মিংশেল ওইরীবী
মহৌশাগী লন্‌গৈস্তু ওইবীবী
ইমানি লোক্তাক্ লেঙ্‌ত্রবী।

খম্বা থোইবী অনিগী
থম্মোয় লাইযুম পোত্থাফম্,
কাক্লা মুংশিং নান্থীবা
শঙাই চিরোঙনী মীংশলফম,
নিংথীবী ইমা লোক্তাক্কী।

কুনগী নোংলৈ মুংশিংনা
মাইকৈ থঙদনা হুয়ক্‌পা
অঙোবা লৈচিলগী মপৈবু,
কোক্রু চিংজাওনা চুপ্লবদা
বারুনি চিংগোলদা তারবদা
ঈতিনফমী ইমাগী ইথাম্মুংদা।

লোক্তাক, ইশাই মাপললি,
ঈশমচাইবা হিয়েললী ঈরুপ,ফমী
নোংচুপ,লোমগী ঈপাক,ত্থ্ শজনি।
মাল্লবা ইমাগী শক্তম,দি
ফংলোই মকম অতৈদা
নিংথীবী লোক্তাক, ইমানি।

ঈতিহাসকী বারি কয়াবু
মতারোই কনাদা তমথোক্তনা,
মীযোল কয়ানা থুপ,ত্রবদা
লৈহৌরিবী ইমানি লেঙদনা।
লৈহৌখিগনি চৎত্রবদস্থ ঐহাক্না
লেঙত্রবী ইমা লোক্তাক্তি।

করিগুম্বদা,
ফাওবক,ই চিংনবা পুক্লিংসিদা
লুপ,খিগত্রা সভ্যতাগী ঈরোম্বংদা
থৌশাবীদবনা ঐখোয় মীওইবনা?
চহি কযা লৈহৌখিগনি
প্রকৃতিগী মশাইকোন্দা লেঙ,দনা
নীংথৌবী ইমা লোক্তাক,ও?

☆ ☆ ☆

ঈশুবা

# তাইবং নুংলোন্

মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ,
অতুম অসিনা লিক্লনি ।
নমু তাইবং লৈশেমঙৈ,
তাইবং থরাই ওইবনি ।

খাম্বী মৈনা হক্চাংনি
ঈশিং মানা মীরেলনি
নুংশিৎ মানা থম্মোয়মুং
থরাই মীরেল ওইবনি ।

নহাল নোংদি তরুঙনি
ঙসি নোংদি তাইবংনি
হয়েং নোংদি তবঙগী মমীনি
রাখল পুক্নিং থরাইগী ।

লাংওন লংদাই খায়বনি,
অকিবনা অশোম্বা রাখলনি ।
পুক্নিং, হক্চাংবু থৌবিবা
অরা মুংঙাইগী আশানি ।

আশানা রাখলগী লম্বীনি
লম্বীতুদনি পুক্সিনা চৎলিবা ।
নহানমক্কী মপোক্স নীংশিংফদে
হয়েংমক্কী মপোক্স থল্লুফদে ।।

হয়েংনা ওবোলগী লীক্লম্মী
য়াওলনা খোঙলোই ওইগনি।
বাখল্, পুক্নিং আশাবনা
শেমখিবা খেৎনবা কয়ানি।

হৌখিবনা নীংশিংবদা য়ামগনি
লাক্কদবগী থল্লবদা বাজগনি।
অস্তুম্বা শেমগ্রবা মপোক্তি
লোইখিনি তাইবং পুন্সিস্থ।

থবাইনা মালংদা তিনখিনি,
আশাস্থ তাক্ক্লগনি পুন্সিদগী।
ওইরবদি নঙমী লাংওনসিনা
মীচৎ উন্নোংগী খোঙশঙবা,
শিদযাইনি।

☆ ☆ ☆

# অফবতা তৌরম্নসি

মীৎকুপ, খরদংগীনি চিংলিবা মীওইবনা
তাইবং ওইনা মালেম্‌সিদা শাইওন্দুনা।
মপাল নাইত্রবা রাখলগী সংশাবদা,
জয় তৌগে নীংলুগনু কৈদৌনুংদা।
রাখল্‌ লিশাং থাহনা খল্লবসু
অচুম্বা নত্তে খল্লবা খুদিংমক্‌।
খল্লবগা লাম্বা ফংলক্রবা মীৎকুপ্তা,
মম্‌শিল্পকনি গ্যান মাওথিগনি রাখল্‌।
পনথৈ নাইদবা রাখলগী ঈচেল্‌নি,
খল্লিবনথৈসু লোইরোই নহাক্না কৈদৌনুংদা॥

চরাংনা অমা, ডসিনা অমা,
চাযেংসু অসুম্মক্‌ 'হাংলগদবা রাখল্‌নি।
খল্লিবা রাখলগী তাংরিবা মমীলক্তা,
শেম্লীবা আশানি লেমচৌবিবা পুন্সিগী।
রাখল্‌দা তাবিবা আশাগী মমীতুবু,
মীৎমাংদা পুথোক্লবা চোংনবনি মীওইবনা।
মীংকন্নবগা ফংলোই আশাগী পম্মৈক্ষম,
লায়্‌রবগা পোংশক্ল রাখল্‌গী অপাম্বা।
চৎলুদনা য়োরোই মকমতস্ত য়োনিংবা
থাংলুদনা খোউথাংচু লেপতুনা লৈরগা।

থাংহৌবা খোঙথাং য়ৌনিংলবদি পন্থুংক্ষম,
অপাম্বদু কংননবা তিংথোকতু নখুংগু ।
পাম্নগনু পোংশক্তু কংলবাইরবদি নঙনা,
নীংহয়জিনি থম্লে, অপাম্বদু কংঙ্গনি [illegible]
লেপ্পনা চেক্করিবা মতমগী ঈচলদা,
নঙতনা থাঙজগনি মতমনা হোৎরবদা ।
চংলু য়ৌননবা পুক্নিংগী পন্থুংক্ষম
মতম্না লৈরিতৈ পুক্নিনা হিংলিতৈ ।
হিংলিতৈ পুক্নিংগী ফিদপু উংননবা
অকবতা তৌরমসি লৈজবা থৌনানা ।।



# ঋতু লাংওন্ উরুবদা

য়েম্নিং থা অমদগী য়েম্নিংথা অমা
নাকেন্থা অমদগী নাকেন্থা অমা
ঋতুগী মাওল্‌নি মহৌশা লাইরেম্বীগী,
অমম, অঙান, অনিগী খোঙ্‌চৎনি
মপূগী শিন্থা কায়দনা তুংইথনি ।
চৈপাল, নৈপাল, পোম্বী চেক্লা
তাইবংপান্বগী খেৎনবা জীব শিবিক্লা
হবাও মখোই কাজরি, পেঞ্জরি
মুংডাই মপাল, শাজবি, নোইনোইরি ।

এঃ অ'দগীসে তাম্নবা 'লোয়া লমদম্‌সিদা
লশিং মাকাল্, গুম্না পাবানম্বা লৈচিল্‌গী মপৈনা।
শংবান্নবা হানৌশিংগী লুক্তপ্ এইরবা
লোইবী চিংগী নাপোম্‌সে বুপ্‌শ্রে ।
অযুক্কী য়েন্দানা অঙম্বা তাঞ্জা'সিদা
তুঃ অশোমদনা উন্নিবসে য়েংসিলাওনে
তাম্বু থঙোং চেক্লা শম্বু শম্বুশিংনা
মাম্নবগী লিচিংনা অমত্তা এইতুনা পাইরিয়ে
পোম্বী চেক্লা চাক্তাকম শিবক্লীয়ে ।

অনকৃপসিদা মেরা থানা চৌগৎলক্‌ঠেগী
ঙশঙবা কীজোলনা শাবেপ লৈতেং ওইরিয়ে।
কৌনাশিংসু ইথক, হৌহনীয়ে মালঙ্‌বনা,
মপুগী শি[illegible]য়ে। [illegible]
কযাসু মেঙ্‌দনা কয়াসু মহৌদনা
তাম্বা কাযত্রবা খোঞ্জেল্‌না তুম্‌-তুম্‌,
পংলাপ্‌স লাগুনা পক্‌নক্‌সু নত্তনা
লৌরি য়াল্লিয় উথুম্‌ কৌবী চেক্লানা
য়েংহৌসি মহৌশা লোয়ালমগী নীংথীবসে।

ঐতনা পঙ্‌উদা মউবা ওইরিগত্রা দৃশনসিবু,
নাপ্লসিদা পঙ্‌তাদা মতাবা ওইরিগত্রা খোঞ্জেল্‌সিবু।
মহৌশা লাইরেম্বীগী কজবা, প্রকৃতিগী নিংথীবা
লোয়ালমগী মহৌশা ওইবিনিদগী কনাগুম্বদসু।
য়েংবা হৈত্রবদি ফজবসু অখিবগা পাংথক্লী
চাববু চানিংত্রবদি অমুত্তসু "হু" গা পান্দম্লী
থবু থল্লত্রকদি পুম্মক্‌ তরং মালংনি।
পুক্লিং তিম্বরম্‌দ্রবদি ঈশৈসু চোইরোল্‌গুম্বনি।
করিনি হায়সিল্লে লোয়ালমগী দংশলিংবু উবগা
শাবীখোয়, শানৌখোয়, য়েংহৌসি মহৌশাগী কজবা।

☆ ☆ ☆

৭ওওবা

# কলহৌসি মালেম

কলহৌসি মালেমসে মৈশা লাংব্রিদৈ
মৈরিতনা প্রলয়গী মুংশিংওইনা শীংলক্লিদ্রৈ
উং ওন্খিব্রিদৈ মতম্না লৈরিদৈ।

মালেম্ অসিবু নাওকান্দুনা থম্মীবিবা
জিব কয়াবু লাংওন, তমহল্লীবা
মৈ, ঈশিং, মুংশিংগী মহৌশাগী।

মীগ্যাম্না চাওখৎপগী তাইওন্নবা পনদৈদা
উফুল ওলহন,খিগুমসি ঈশানা ঈশাবু
কোঙোলনা তাব্খিবগুম মাঙহন,খিগুমসি মালেম।

মাঙহন,প্রসি নিউক্লিয়ার লানগী থুংলাইশিং
মীওইবগী মরক্তা মীওইনবু হাংনদনবা
কলহৌসি ঐখোয়গী মাম্নবা ব্রাথল্লোম্না

গ্রহ, মুমিং, থা, থরাম্নি চাক,
মচিল মৌপ,নি মালেম ইমাগী,
হিংমীম্নসি ঐখোযস্ত মাখোযগী য়াওল্লক্তা।

কনানা শঙবীহৌগনি মীওইবা নত্ত্রনা
উমংগুম নত্রগা মরুভূমি গুম্নগদবা মালেমসে
ঐখোয় মাশল তুহংনরগা অশাওবনা?

থারমসি উপাল-বাপাল, হৈরাং-লৈরাং
শেমলমসি নীংথীজরবা হৈকোল, লৈকাল
হবেংগী মীরোলক্তা মুংখিদনবা মালেমদগী।

জাতি বিজাতিগী অথবা মীৎয়ংদা
খেংনবা থমদনা অমত্তা ওইনা
হিংমীন্নসি চান্না-চিন্ননা ঐখোয় ।

মুংগ্রগদবনি শোয়দনা মাপমসে নোংমদি
মাগী মতম শুবক্লনদা তবত্তুংসিদগী
তিনগ্রগদবনি মমী কাওবা উংমদনা, অহাংবদা ।

তমথীরবা নিউক্লিয়াবগী মহৈ'ত্ত কংনত্রিউ
আতাপ্পা গ্রহশিংদা থুম্বোকলোন, তন্নবা
হিংমীন্নসি মালেম ইমাগী তম্পাক্সিদা ।

☆ ☆ ☆

৪৪শুবা

# মান্নরিগদ্রা ব্রারিসে

উরুরগা খঙলক্পা, মওংদুনি খঙলিবা
তারুরগা বারিদো মহুতনি তাখিবা,
লৈরোই জাতে হায়নিংঙাই করিস্থ
থিরুদনা ফংলক্পা উরুদবা মওংদি
মীৎমাংদা নওগী চোংথোরক্লোই কৈদৌন্নুংদা ।

উজরে ঐগীস্থ পালম্বনা ঈমীৎসে
তাজরে বারিস্থ পালম্বনা ইনাকোং
মওং মরিলদি লাইদে তাইবংপান্নস্থ ।
পল্লেপ্কম, লৈতে থক্রক্লা খাখল্ত,
মান্নরিগজ্রা বারিসে লোম্বোক্লবা কনাগা ?

কোয়ছনা শাম্মকই খল্‌বা বাখল্‌না
অবাবস্ত থেংনক্কই মুংঙাইবস্থ কোন্নাইনি।
খঙলুবদগী হেম্মা খঙ্‌ত্রবা কনানা
তাক্কড্রিবা বারিদি তারমলোই মহাক্কা
কন্নামস্থ নৈরমগনি থিক্কদনা কংলোইদবা।

যেংনিংনস্ত যেংলগা মত্তনস্‌ পেন্দবা
তানিংনস্থ তারগা অওক্‌পস্থ নাইদবা
লিবগী লোইবা নাইরোইদবা রারি
তানিংলোই কনানস্ত মীওইনা হিংলগা
খঙনিংবনা লাংত্তক্কবিবা কনাগী বাখল্‌দা।

নথন্তা বাজগনি থপ্পা নঙদি
নিংঙমদে শোক্ষগনি অপাঙ্গা থুংত্রগা
হরাওগ অসিতনি নি্‌জবা ফংলগা।
কপ্পা, নোক্‌পা অনিগী থেংনবা,
অবাবদা কপ্‌কনি, মুংঙাইবদা নোক্কনি।

মীংকুপসিস্থ হিংলিবনি দন্দি পাম্মগুম্মা
তপ্পা ঙমত্রবা হয়েংগী থোশংশিংনা
উবি বাখলগী মশেল মরাংলক্কা।
মাঙত্রবস্থ বাখলসিনা মীকুপ্‌সিদা গ্যান,
কাওথোকখিবস্থ কোন্নাইনি হৌশ্রবা বারি
লোহোক্কবা কনাগা মাম্মরিগজ্রা বারিসে।

চাকুরে ইপুক, থলহল্লি ঐপী
উক্লার রাখলদা মমী তাকল্লি ।
চংলুরে মায়ৌই পম্থংফম অমদা
পোখাকুরে ভাইহাকী অবাবা কোক্হল্লি ।
পোক্লবনা হিংলুরে, শিগনি নোংমদি,
মান্নরিগজা রাবিসে লোম্থোক্তবা কনাগা ?



৪৫শুবা

# মাপ্পরমদ্রবা রাখল্

অমুক্সু কপ্ই অমুক্সু নোক্ই
মহৌশানা মীওইবগী মপোক্ ওইরুবনা ।
ভাইহাক্সু চিন্নাগী পোংলুম পুরহনা
থল্লি পুক্লিংনা চৌথ্রনা পুন্সিবু ।
ওরাংনা চৌখিনগুম ওসিস্থ হৌখিগদবনা
নিংশিংলুবদা তুজংই চযেংগীদমক থল্লুবদা ।
শিগনি হায়বস্থ খুঙলবা মপোক্সিনা
কাওথোক্লুনা হিংবস্থ ওমহল্লি রাখলসিনা ।
পেম্থোক্পা হৈরবা কনানা নোক্লী,
অবাবা তারবা কনানা কপ্পী ।
মাশী-মাগী শীনফমা লিচং ওইহনা
খোংনবা কয়া উহল্লি মীওইবা ।

মশাগী ওইজবতা খিল্লিবা কনানা
মশাগী হায়বত্থু কৎথোক্‌পা শারম্মনা
মাম্নবা শেম-শাৱবা বাহৈশিংনা
ভাংলি হৈজবা বাভাং মচিলনা।

করিবু হেন্না খঙলূদবনা ভাংলিবা
করিম্থ থোইনা খঙদবনা তাৱিবা
উক্কবা খঙলূবা কন্নাবু পুথোক্লদ্রনা
অবাই অথুম, পুন্সিগী রাখিনরি ।

মীৎকুপ, থরদং হিংমীম্নগদবা মীওইবনা
অকন্বা, অচুম্বা শক্লুনা অরাম্বনম্থ
সমাজবু কাওথোক্লনা মশাগীতা খল্লগা
হিংলি কনানা সমাজগী মরক্‌সিদা।

☆ ☆ ☆

৪৬ভুবা

# চীংগী চনুরা অমগী অশা

লোইরোইনবা চীংগী নাপোমদা লেপ্লনা
কুমওনগী মহৈ-মরোং চারা হেংহুনা
পুন্সিগী আশা শেম্‌জরি নীংভোলগী,
মহৈ-মরোং চুম্‌হনগে অসিতনি খল্লিবা।

য়োৎলৈ অমদগী য়োৎলৈ অমা
পাম্নৌ য়াম্লোবী চনুরাগী মশিংখানি।
পাজল, শোম্বী ওইহুনম্থ হক্‌চাংনা,
হুমাংমনবুদি নিংশিংনা অবাবু কাওজরি।

শাইন্নোন ভাবা শম্মাংগী মক্ত্রাদা
শীন্থরক্‌পা ক্তমাং ইবিক্কা চোংলদা
কোন্বৌগী মৈশানা মৈরবা মায়থাঙ্‌বু
নীঙোলগী খ্বাংচেংলাক্‌ ফিজনা তৈথোক্‌চরি

মহৈ-মরোং চুম্নগা, মমুন্‌ কারগা
পুগনি তম্পাক্‌ লমদমদা য়োল্লগনি ।
তরেং-শেঞ্জা ফংগনি, লংস্থ লৈগনি,
চৈব ফিহন শাগনি, মেরা কুম্‌হৈ বংনবা।

চাংগী ইবুং লাইরবা, চান্নথোইরবা
মাঙ্গী চৈরৈ অমস্থ থোনগনি ।
খুনগী হয়াও-মথোই কানবা হুমীত্তা
হুংশি বারি শাগনি, শাবী শানৌগী ।

আপা নাক্তা পাম্নোং শানবা হায়কনি,
আম' নাক্তা ফম্নগা রাকবগী পাওহোম্লগনি
তমগী কৈথেল কাবদ য়াওহৌনবস্থ
ঐহ্রা হায়িক্লগনি নিঙোলগী আশানি ।

☆ ☆ ☆

৪৭শুবা

# কংলৈচাশিংগী খোল্লাও

চীং-তম অনিগী লৈশেম্লাম্ব
চীংমী তম্মীগী অপুম্বা শক্তম্না
মৈহৌরোলদগী ঙাক্রুনা লৈরক্রবা ঈরমদম্মী।
মতমগী খোঙলৈ তুংইন্না লেপ্তুবনা
ধর্ম্ম অধর্ম্ম জাতি বিজাতি
মান্নদবা কাংলুপ কযাগী ইতিনফম্মী।
মালেমগী মকম অতৈদগী লাক্লবস্তু
মাগী পামজবা লাইনিংলোন্দা ইতিনপ্রবস্তু
মাতগীনি হায়বা য়াম্রাই লমদমসিবুদি।
ঈরমদমগী অপুন্বা য়েনহৌংগী শক্তম্দি
লমদমসিগা শাগোম্ন্নক্রবা কংলৈচাশিংনা হিংলম্ভে
কনানম্তু থুগাইনবা হোংনবক্পা য়াম্রোই।
কনাগুম্বা থাম্বনবশিংনা লোইচন্নবা হোংনবক্লবা
লোইরং শিঙখোংখাদা যেক্রুশিংদা চলহনগনি
মুরক্লবা তিংখংদি মৈরিম্তুদা কেম্হন্গনি।
মীওইবগী চংনালোন রাংমা লাম্না
মশাগী থুংদাংচাননা তোংনাগ খল্লবা
দম্দি কংলোইদবগী মরম লৈতে।
মান্নদবা ধম্ম ফুরুপকী রাখলোন্দা
ইচিলসিনা মোংদোলথক্তা ইতিন শিংকরোই
ঐনা ঐবু য়েঙ্ববনি খনকরোই।

কাংলুপ,কী অপিক,পা বাখল্লোয়া লাইচুববা,
মহাক্কুবু তশ্বীগদবনি অচৌবা বাখল্লোন
য়েক্কবদি থমহৈদবনি, নিংতম্বদি মীওইবশীনি।

☆ ☆ ☆

৪৮শুবা

# হৌখিসিরা কনাবু

করিগুম্বদসু খঙহৌদবা মীৎকুপ অমদা
ইচিলসিনা ভংথোক,খি ঈথৈগী স্বরদা।
মপুংদি কাদনা তাম্বাসু য়াওদনা
কদোমদগীনো খঙহৌদে বাখলসিনা লায়ৢরিবা?

ঈকম লুয়া থাংলম্বা খোঙথাংনা
খঙয়াং য়াংবগুমখি পোৎলুম’মা থাবগুম্বা।
থংনবা মীৎকুপ্তা পুক্রিংগী লৌচিংনা
হাপ্লখি অনৌবা বাখলগী পোৎলুম,।

লম্বীগী চিদাইদা চৎনা চৎনা
পুক্নিংগী বাখল খল্লু খল্লুবনা
উৎকখি ঐহাক্কী পুক্রিংগী তময়াদা
মপোক্কী খোঙচৎসিদা মাঙগী লম্বীবু।

খঙ্গখি ইথয়ত্তা অচিকপদসু কময়না,
কনাবু হৌরুসিগে পুক্নিংগী খোঙ,লোয়?
পুক্নিংগী লম্বীসিদা ইপাং য়াওদনা
নাইতোম চৎলগা লম্বু ংকমদি য়োক্লদে।

হায়নৈ তাইবং মপোক, ঐখোয়সে
"খোঙলোই য়াওদনা পম্বং তাল্লবদি
কৌই মহাক্তু নপুংশকী মীওইবা"
চিঙ্খাং য়ৈরবা পাওরোনি য়েলহৌডৈগী।

থল্লা থল্লা থাংলক,পা খোঙ,থাঙসে
কুমজা কয়া কুমওনখরে ঙসিদি।
ভাইখিসিরা কনাবু, হৌখিসিরা খোঙলোয়
ইপাং ওইনবা পুক্নি খোঙ,চংকী।?

☆ ☆ ☆

৪৯শুবা

# মচু তরেৎ

ঐগী আশাগী তময়াদা
চুমথাংগুম্মা ভাল্লদ্বী কনাগী
মায়থোং থম্বালবু য়েংহুরগা
পেপ্পরম্বা ঐহাক্কী থম্মোয়নি।

চিত্রকারগুম্মা তুলি পায়রমত্রবম্বু
থম্মোয় লকাসু·গী চেনাথবসিদা
মীগী মচা লম্লাম্বীহুবু
ইথুৎসিমক্কা য়েকচক্লবনি মুংশিক্লবনা।

উয়রুবগী খঙনরুবগী চায়রুবগী
থাজবা থমচুনা কৎথোক্লবনি।
মচু তরেৎনা শঙত্রবা
লম্নাবী মাগী শরুগী।

করিনা চাম্নগনি মচুশিংসে

করম্না কাওগনি শক্তমসিবু ?

পুক্সিডুনা পুক্সিদগী তাম্নথবম্ব

কোকউ ময়াত্রবা মচুনি।

মুৎহলডম্নরোই ইথুংসিনদি শক্তমসিবু

মদোম মুৎচথিবা নত্তনদি।

মুংশিনা য়েক,চরুবা শক্তমসে

ময়েক, লারসম্ব "মচু–তরেং"।

করিগুম্বা নিংশিংলক,পা থোক্লবম্ব

খোঙলোযনি কাওদনবা মতম'মগী

পীরবনি নোক্কা বীদাইসে

মীৎপুগী পীরাং ঈরিক,লক্কা।

☆ ☆ ☆

৫০শুবা

# মতম্না লৈরিঙৈ

মতম মহাক্না লৈরিঙৈ

অঙম্বা পুন্সিগী অয়ুক্কা

চঙশিল্ল, সাহিত্যগী লৈকোলম্নুংদা

খিম্নু কল্পনাগী লৈচলশিং

শাংলমগনি মাম্নদবা লৈরাংশিং।

উরুবা কয়াবু খঙনবা

খঙত্রিবা কয়াম্ব খিহ্না

তানশিলহৌরো লেঙত্রবা লন,।

সাহিত্যগী লৈকোলদুংদা চঙহুনবা
কংলক্পা লৈয়াংগী লৈচলনা
শীংঙেলগী লৈনমন্থ মহেল্লিদো।
লেংলুবা পরেংস্থ মচুমইদো
চিম্ন্রবস্থ বাখল্ ভয়াংহল্লিদো।

লৈখোং কয়া শোমহুনবা
শীংঙেল লৈরাং শাংহন্দুবা
নীংঙথিজহল্লা সাহিত্যগী লৈকোল।
থীবকনি কনাগুম্বা পামজরুবশিংবা
মালি নহাক্তবু লৈখোঙশঙবা।

খোঁবাক মাঙদা থাহুনবা
খোঁকৈ খুম্ভা পায়হুনা
শৈথারো মহৌশাগী ফজবা।
পুক্নিং বাখলস্থ হন্নাহজগনি
খুংথেকস্থ কংলগনি খোঁবাকথক্তা

পুন্সিগী হুমীংনা তারমদাই
চোকথরবা শিংলি নাওরিনা
কয়া পায়নীংগনি খোঁকৈহুবু ?
চোইমন্নবা বাখলগী ঈচেলহুনা
কয়া লুহনগনি কল্লনা ?

মাঙলমচংকী খুংমাবা কয়ানা
হল্লবা সাহিত্যগী মরুনি।
শারেপ্ কাংলোং কাজববা
চাওবা য়াংলোল তমজববা
মনিপুরী সাহিত্যগী লোনতৈগেনি।

অহুবু.

মাংলেমদা শক্তাক্লবা ঈয়েংলসে
সভ্যতাগী চংনবী ওইরিকঞ্জম,
অচৌবনা মচাবু তুহংপীরঞ্জম.
পীক্রবনা অশোঙবা ওইখিদো।
কয়াম কুইনা খাঙখিগনি,
অহুম্বা ?

☆ ☆ ☆

৫১শুবা

# ফুঙ্গা

মৈহৌফম য়োংশবী
মুঙ্গা অপোক্পা
ইমোইমু অহোংবীগী
তুংনফমী।

শীং, বাউ
মৈ, মৈতান
ঈশিং লুম্পুন
থাংফদ্রবনি।

অযুক, ভুমীদাংগী
মুংফদ্রবা "মৈ"
পীথোক্লৈহেদে য়ুম্লোম্নদা
ভুমীং মুংবদা।

☆ ☆ ☆

# চাক্ খুম

ৰ

চক্ষু উয়ান
খাইবু চেপপ
লৈরঙ গুমচিং
পুথম চেজোং
য়েন্দাই খুজাই
তারুবাক চেংফু
খুম মোরোক্
শীং বাই
অমুক শমাই
ইশিংপুন ফয়কান

বাংকত্রবনি চাক শঙবী।

তাইবং চিঞ্চাক
য়োংনকম
তবা মখেল
লাংনকম
নমু পাজল
হাপ্পকম
চাক শঙবি।

☆ ☆ ☆

# হমক.খিনি

খোংজামগুবী খোক্লীযে
ক্রুনতরা ভাঁল্লিয়ে
কংলৈ-খুভম, মুখুরিয়ে খেঁ ।

নাংকৗ চংমলোন,
নৈমা জগোই
থাঙগী থাঙলোন,
মাঙদবিদে ॥

শঙাই চৗরোঙ, কল্লিদো
লোক্লাক, ঊমাই চোল্লিদো
কৌক্র চিংশাং লেপ্লীদো
হমক.খিনিদে ॥

কংলা খুনকমেন লেঙ.দরি
ইন্ফাল তুরেল কংদরি
নিংখৌ কম্বাল হমক.খিনি
-ভোংলখিনি দে ।

☆ ☆ ☆

# মুংশিনসি

য়েক, অহুম,
সনাই তরেৎ
পানা কাংলোন,
ঈশী ঈরম,
থায়রবম্ব,
য়েলহৌদৈঙদগী নৈমীন্নরক্লবনি ।
চীংদা পামলো
তমদা তমলৌ
চীংবুরোই তম্বুরোই
কনাগী শুরোলনো ?
করিগীদমক,
মুংশিনবোইদৌরিবনো ?

করিগী য়েংলম্বা,
করিগী শেংলম্বা
কোকাহৎনে', ফিতেকনো,
কয়াম্বক, থাম্লিবগেনে ?
চিং—তম,
ঐখোয়গী মাঙলেমসিদা ?

চীংমী তম্মী,
ঈচিন ইনাওনি ।
পুবারিগী চেনাদা
মুৎভমদনা নৈরিবনি,
মুংশিনসিকো ।
শিংচেপ, থাহনবীম্নসিকো ॥

☆ ☆ ☆

# পুন্ শিন্নসি

খোরক্লো খোরক্লো
অয়ূকী কোয়োঙবা
খোরক্লো ।

য়াকাইরবা, য়াকাইরো
ওন্নিতৈ য়েন্দাসিদা
য়াকাইরো ।

য়াহৌরো য়াহৌরো
তুম্‌্বরবা মৈতৈ
য়াহৌরো ।

ঙাক্লসি ঙাক্লসি
ঈরৈপাক, ঈমমদম্
ঙাক্লসি ।

কাকী লানপাও,
চরোইবী তেতু
শিন্নক্লে ।

লোইনম ওইদনবা
মান্নবা খুন্নাইগী,
পুন্‌শিন্নসি ।

মচেৎ তাবগী
লুচিংলেন্,
অমত্তা ওইনা
পুনশিন্নসি ।

☆ ☆ ☆

# চন্দ্র গ্রহ খারো

খারো ... — ... খারো ... ..

রাহুনা কেতুদা<br>
উখলিবা খারো ।

ভালহুরো ঈরমদম,<br>
খাশিগী অহিংগুমীবসে৹<br>
খাশিমক,ন্থ নত্তবদা ।

মুন্নহুনা কৈরগুমসি<br>
খাওবুনাই ওইরম্বুসি৹<br>
মীনাইনা মপু শাবীরন্থ ।

মুখ্‌ংসি "মৈ"<br>
লকাম্বুংনা চাক,লিবা৹<br>
ঈরোমদোম লেপ,চনবা ।

খারো খারো<br>
চন্দ্র গ্রহন৹<br>
খারো মৈতৈশী ।

☆ ☆ ☆

চেৎভবা

# বুংলোন অম্মা

হন্নক.খো   অখোবা
কংলা   কস্বাদ
   ভোংলখো।
ন.ভবা   ভাওরিবা
দশিংবা   দুপ.জিবা
দুপ.হন্নসি   ন.ভ
ভাওহন্নসি   দশিং।
ময়াইদা   অরুবা
মতাইদা   অনৈবা
   চেলহন্নসি।
হন্নক.খো   পুন্না
পায়নখিবা   মায়কৈশিংদগী
   শাক্কোংলরো।
হৌখিবনা   হান্দুনা
কোঙ্গোল গুন্না   ভাক.এগনি
   মুংগ্রগনি।
মাদ্দমসে   প্রলয়গী
মৈরীনস্থ   চাকখিগনি
   কল.হৌসি।
"মতম"   হারবসে
হৌখিবমস্থ   কাগ্লিদা
   ধামভমদে।

☆ ☆ ☆

# লাঈরবা

কে:  লাঈরবা
উপাই  মৈজত্রবা
ওস্থোকা  নীংঙমদনা হিংইদক্লো ঃ

শেংলি  চঠৌবৎ  কিথুংদে
চারে  চারা  কাশিত্তে
বাইদকো  হিংরন্থ  লাঈরবা।

বানা  ওরুহনন্থ
চানবা  চিঞ্জাক্তী  মেঘদা
তুংশিঞ্জনবা  শেলন্থ  লেমজদে।

ইনাক খুম্বশিংগী  য়াকা  ভাইহুমা
হুমাংমন্না  তান্নবা  শেল
করিন্ত  লেমঙমদে  লাইরবগী।

লৈবাক  মীমাং  থোক্লবন্থ
লাঈরবনিন্না  নঙবু  থওইবীদে
নঙগী  বাহৈ  তানিংদে।

শিন্নম  কয়া  লৈহুনন্থ
বাখল  কনা  খন্দুনন্থ
অবাবদা  মওইদো  নঙগীদি।

নচা  নও  লৈহুনন্থ
অবাৎপনা  খক্লদা  ওইবনা
শেমনিংবা  মঙুংদা  শেমঙমদে।

হিংনবসু ময়াদে

শিরুবসু ময়াদে

লাইরবা করি উপাইনো ?

☆ ☆ ☆

৬০শুবা

# জেলগী বন্দি

দন্দি ফংলবনি নঙদি

মী হাংলুবগী

পোং হুরান্নুবগী ।

হুপীগী ঈজংগু শামাপাংকুম খম্নুবগী

মীকুপকী মুংডাইবা য়ুরানগী পুক্লিহুগী

দন্দি ফংলবনি বন্দি ।

য়ু থক্লুবগী, জুয়া শান্নরুবগী

হেরোইন চাক্লুবগী গঞ্জা থক্লুবগী

দন্দি ফংলবনি বন্দি ।

এহিক্ ইন্দিয়ান ওইনিংলুবগী

সংবিধানবু লেমদোকহল্লীংলুবগী

ষ্ট্রাইক্ তৌদুনা চারা হেন্নুবগী ।

সনা, লুপা, হেরোইন্, ব্রাউন সুগর

য়ুরেনিয়ম ডাইমন্দ, গঞ্জা, নোংমৈ

লাল হৌবগু কারবার তৌরুবগী ।

চত্তি শুদনা যুমপাম্বগী
গাড়ীগী চে-চাং, লাইব্রেরী য়াওদবগী
মী চুম্বগী বন্দি কংলবনি।

শাশিন্নবা সার্টিফিকেটনা থবক তৌরবগী
লান হৌবা যাওবগা শেল থাররম্বগী
চেক্পলনা কোযশিন্নবা শুদনা চারবা
জেলগী বন্দিংশুনি।

☆ ☆ ☆

৬১শুবা

# কবি মখল

আতাপ্পাদা,
অপাবা মীবু
অতাবা মীবু

নোকহল্বা কবি
কপ্পীংহল্বা কবি
শাওনিংহল্বা কবি
পুক্নিং চুংশিহল্বা কবি
মংশি, লৈকম্ হোৎহল্বা কবি
লমন্ থুমীংবা পোকহল্বা কবি।

মশাগী,

মীখা পোক্লিংদবা কবি
লাঙ্দি চিংবা কবি ।
লাঙ্গৈ য়াদবা কবি
শাশিন্নবা কবি ।
অচুম্বা পাম্বা কবি
সমাজবু নৈনবা কবি
মজাতিবু খুংশিজবা কবি
থাহংতা হংগম্বা কবি
পাওখোং চনগম্বা কবি
ঈতিহাস লীগম্বা কবি
ভাবনা শাগম্বা কবি
মহৌশা প্রকৃতিবু শৈথাগম্বা কবি ।

☆ ☆ ☆

ভৈরবী

# নিংশিংলুবদা

চৌখিবা মতমদা উখিবা
পোৎশক অমগী মরুমদা
"নিংবা" ছায়বসি কাওরক্রবা
বাখল,
মীংশেলদা
তারকই
"মমা" ॥

ছায়া উখিবা পোৎশক্ত
চিংশাং নাপোম,
ভাতিমাগী লৈসল,
লৈকোলগী লৈরাং,
লম্বীগী খোঙ্গলায়,
উপাল বাপাল
হৌজিকস্তু উরিবঙুম
ঐগী ইমীংশিনা
ঐগী বাখল্লুংশিদা
খলহল্লীদো
নিংশিংলুবদা ॥

☆ ☆ ☆

# ইথিল

করিগুম্বদা থঙাংহৌদনা
চৎলে চৎনা
কয়ে কয়া
হিপলে হিপ্না
চারে চানা
খল্লবা বাখলগী লাংওনসিনা
কাওরক্‌ই ইনিংবগী ইথিল।

থওইনা খল্ল হায়বন্থ য়াদে
বাখল লিশাং থাকরবন্থ পুক্নিংবা
ঈগে হোৎনবন্থ ইকবদি ময়াদে।

মীকপ, থোরক্লবদা,
তুম্ববা অহিংগী মংলানচাদ্রবু
বাখলসিদা নীংশিংজুনা লৈরবদা
ইনিংবন্থ কাওরক্তে করিগুম্বদা॥

বারেং, লিলা
শৈরেং নাচোম, উপন্যাস
ঈশৈ, ফুঙ্গাবারি
ইমারবশিংগী ভিরবারি
তাকরগা, পাকরগা
করিগুম্বদন্থ কাওবকই
ইনিংবগী ইথিল।

থওইনা খোঁইজে পায়থক্লুনা
লুবাক মাঙদা থাম্বস্থু
বাঁচৈ
সঁ'ঙিন্দ্রু
বাহেং
শৈশারুং
হেক্লা ইরগে মম্মাদে ॥

কবিগুম্বা, প্রকৃতিগী খোইনশিল্লা
রাখল.সিদা কাওরক্হক্কবদি ইথিলসি
ইবা হৌরুরগা লোইডিজৈডিং,
চাগনি, থকনি
চংকনি, ত্তুগনি
তুমগনি হায়রবা
পুম্নমক্কাও কাওই,
কাওরক্রুবদা ইনিংবগী "ইথিল" ॥

☆ ☆ ☆

৬৪শুবা

# বৈষ্ণব অমা

হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ
কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে
হরে রাম হরে রাম
রাম রাম হরে হরে ॥

অমম্ অঙান্ থায়বীরিবা
তাইবং জীববু শেম্বীরিবা
পুমখোই থোইবা হেঃ ভগবান
চংজরি নংখোঙ, থম্বালদা ॥

হেঃ পরমেশ্বর হে দয়াময়ী
নঙগী তাইবং লীলাগীদমক,
ননাইবু ননাই ওইননবা
করিগীদনক, পোবপীবনো খঙজনিংই ।

পাপ, পুন্য ধন্য, মায়া-মরিচিকা
পুম্নমক, নঙগী লীলানি ।
ইবুংঙাগী অংশদগী ওইবনি,
ননাইদি ননাই ওইজবতনি ॥
মপোক, অসিমা ফংহনীবগী
ননাইদা শিংঙমদনা তোনশিন্নবনি ।
নখোঙ, খুয়া থম্বালদা
কংচরি "পী"গা লোয়ননা মৈরাং ।

মপোক, মপোক, খুদিংদা
নঙগী ননাই ওইজগে।
ইবুংঙোগী চরন্দা তিন্জগে
লাখীদুকো মপাক, অসিবু॥

তঃইবংগী ঈপাক্সে লালমদাই
লান্ঙমজ্রবা মীৎকুপ, অদুদা
ইবুংঙো নঙগী খোজালনা
লাখীদুকো বৈতরনি তুরেলদুবু॥

পঞ্চভূতকী হকচাংস্তু কলক্চদে
সনা, লুপা, পামজরোই
থবাক্ত মীরেল অসিতং
তিলহখীবু নঙগী চরন্দা॥

হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ
কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে।
হরে রাম হরে রাম
রাম রাম হরে হরে॥

☆ ☆ ☆

ঙঙেত্তবা

# নিংথম্গী অয়ুক

অহিংগী মতম লোইথ্রবদা
অঙাম্বগী কিজং হায়দোক্লুনা
য়াকাইরক্ই কোরৌহম্বা মহাক্সু।

তুম্ব্রবা পোম্বী চেক্লাশিং,
নৈবাং, লৈরাং, জিবশিং
য়াঙৌরক্ই অয়ুকী মশাইকোন্দা।

শক্লক্ই চেক্লাশিংগী শৈরোল
ছুম্লক্ই লৈনম্ শিঙেলশিংগী
য়েল্লক্ই মৈশা-মঙাল কোরৌহম্বগী।

তাইবং কয়াম্ব য়াঙৌবক্ই
শিন্তা লুবাক, হাংনরক্ই
চিন্তম চান্না লাঙনরকই।

লশিং মফোলগুম্না ভৌরুনরবা
পাবানরবা লৈচিল্ মফালশিং
লোংখি তরঙ মালঙদগী।

মরম, ওক্পা অঙাংশিং
লাইরিক, মাঙদা থমহনা
ফুলগী পান্না পারক্ই।

অ, আ, ই, ঈ,
এ না এপল, বি না বোল,
ক, খ, গ, ঘ, ঙ,

অমা অনি অহুম মরি।
এক, ডো তিন্ চাব,
বান টু থ্রি, ফোর।

☆ ☆ ☆

ওওতবা

# সহরগী দলান অমদগী

নোংমা অহুম কোযথোক্লবদা
ঐগী মরুপ অমগা
ফম্মীন্নখি সহরগী দলান্দুদা।

দলানগী মতোন য়ৌংবদা
যেংজনিংবা ঐগী ইমীৎসিনা
কোযনা লৈত্নুনা যেংথোক্লই।

মুনিদাংবাইরমগী তাঞ্জা ওইশিল্লকপনা
কোয়ৌথমু পৈরগ থোক্লমলে
অতিয়া পুম্নদ শংবাল্লরমই।

মালংবমু লিরি-লিরিনা খোঙদোইরমই
অত্তুবু নিল খোংবদি লেপ্পুনা তারি
উবি সহিত মীনরগী কংলাশা।

সহরগী লম্বীত্তুদা য়ে'থরুই
খোঙনা চৎপা কয়ানি
হৰাগারি সাইকল কয়াম্নুনি।

তোঁবান অনিগী মরক্তা
ঈচেল নাইরীবী তুরেল,শুম
লেপ্তনা চৎলি মীয়ামগী।
নাগা, কুকি, মৈতৈ, পাঙল
নেপালি, পঞ্জাবি, মরারারি
শুনমক তিল্লবা ঈচেলনি।
অয়োম্বা কয়ানা য়োলি
অরৈবা কয়ানা লৈরি
থল্লি, অসি ওইরেকো
ইম্ফাল সহর॥

☆ ☆ ☆

ভগতবা

# সহিদ মিনর

ক,লৈ পুংমযোল অসিগী
ইতিহাসকী বারি লৌরিবা,
পোইরৈ মৈতৈ লমদমগী
অথোবশিংগী থুভম ওইরিবা
সহিত মীনরনি লেঙ,কত্রবা॥

মৈতৈ পোক,পী ইমাগী
অথোবা মপারশিংগী থরায়না
ভাইবং চেংজেল্ লোইরম,দাই
অরোইবা পুন্সিগী মীৎকুপ্তা
হিংজরম্বনি মথোয়না থুভমসিদা॥

পোক্লকম লমদম, ইমাগী
তিংমীনম্রিবা ফুরুপ ঐখোয়গী
নীংতম্বা অহুবু কনবা
যেক্লবা মায়রোং য়াখিবা
অথোবশিংগী নিংশিং খুতম্মী ।

তরাহুমদোই আগস্টনা লাক,পদা
তন্তুনা নিংশিংহল্লিরনি খুতমসিনা
ফুরুপ ঐখোয়গী ইথৌনা ।
কাওবা ঙম্নবোইজবা য়ারিনা
হাপ্পী থৌনা নিংহন্নদনবা ॥

য়েংসি সহিত শিনর
উগনি চপাম্নরবা কংলাশা ।
মযা কাহ্নুনা নোংদোললখক্লো
থক্কদবগী মাঙহন্বীপ্রবা ঈথেং
ভাইহুনা লৈব্রিবনি "মতম" ॥

☆ ☆ ☆

# মপান কাংজৈপুং

নিংথৌরেন কয়া লান্দুনা
কংলৈ শুমাঙ ওইরবা
ছৌজিকস্থু লেঙদনা লৈরিদো
　　মপান কাংজৈপুং।
　　　　শগোল কাংজৈ, মুক্লা কাংজৈ
　　　　যুবী লাক্পী, খোঙগী বোল
　　　　মীয়ামগী শান্নকমস্থু ওইরিদো
　　　　　　মপান কাংজৈপুং।
কাছৌদবা দল, মুপী মকপ,
ছাত্রা নহারোলশিংগী মীতিনপুং
　　মপান কাংজৈপুং।
　　　　নোং খজিক, চুবদা
　　　　লৈখোম লৈনাং খোল্লীবা
　　　　ঈশিং খরা তুংগম্বা
　　　　নাপী খরা হৌগম্বা
　　　　মালেমগী শগোল কাংজৈ শান্নপুং॥
কিম্থগদৌরবা গেলরি
পাথোক্লবা লেত্রিন
　　কনাগী থৌশিলনো ?
　　　　অঙম্বাশংনস্থু শেমগৎপীত্রবা
　　　　ঙাকপী শেম্নীদ্রবগুম্নবা
　　　　মানপুরগী মপাল কাংজৈপুং।

করম্বা মতমদনো ওয়াকদবা
কয়াম বাংলিবগে শেম্বীগদবা
অমম্বা অরিবা কাংজৈপুং ?

☆ ☆ ☆

৬৯৩ওবা

# লৈকোলগী লৈরাংদা

শাংলু লৈরাং
ফুগাইনা
মহৌশা প্রকৃতিগী
লৈকোলমুংদা ।
লৈকা কয়া
লৈখোকথক্তা
লৈহি চোম্না
লৈনা'রক্তা ॥

মহৌশা লাইরেম্বীগী
খুংশেয়ক্তা
ঋতু লাংওনগী
খোঙচংলক্তা ।
শাংলু লৈরাং
ফুগাইনা
মহৌশা প্রকৃতিগী
লৈকোলমুংদা ।

লৈৱাংনা     লৈকা
    কল্লগা

শিঙেলনা     লৈহি
    চোল্লগা

নিংথীজহল্লো লৈকোল
    য়েংবদা

তমহৎনবা     অউবশিংগী
    পুক্লিংবু।

অঙাওবা     মালংসু
    ছুমকনি

লৈপাম্বা     খোইরাবসু
    পাইরকনি।

শাৎলুবনা     লৈরাং
    ওইনা

মহৌশাগী     নিংথীরবা
    লৈকোল ফুংদা।

ঃ°লৈনা     চোইনা
    কেনখিনি।

লৈহি     কংনা
    মাঙ,খিনি”

কাওকদে     লৈরাং
    পুক্লিংনা

শাৎলিঙৈ     লৈথোক্কসু
    লৈকাকম্লা॥

☆ ☆ ☆

৭০শুবা

# তাইবং পুক্লিংমা

তাইবং ঐহাক্কী হক্চাং পোল্লাংমুংদা
চাক্তারিবা থরায় চেক্লা অপীথক্
পায়খিগনি থল্লুবদা নোংমা শোয়দনা
মল্লবা হব্ চাং পোল্লাংসে থ'দোক্নুনা॰
তনিক্,হল্লি থম্মোয় করিগুম্বদা ৱাথলসিনা
মওল,-মওল, থল,হল্লি মুংনাংহল্লি পুক্লিং ॥

পামেল অমনা হৌগৎলক,পগুম্না মরুদগী
শারেপ, কাংদোং ফাগৎলক,পগুম্না, উপালদগী॰
নত্রগা, লৈরাংনা পোম্শাৎনরক,পগুম্না লৈখোক্কগী
ফুগাইনা লৈশাং তম্লক,পগুম্না শীঙেলদগী॰
লাক,খিবনি তাইবং ওইনা তাইবংলক,সিদা
মপোক্কী লাংওন্ শুরহনা মালেম্সিদা ।

করি শীঙ্, পায়গনি॰ শীম্থোংনবা॰
শীম্বা ঙম্বু পাঙনিংইদা শীনচঙনবা।
ঈমুং ঙাল্লে নোংঙাল্লে য়াম্জৌরে॰
তাইবং চিন্তম লাঙলে চিন্তমলে ।
কোরৌ গাম্বু তাঞ্জে য়াচঙ,লে
হৌখিবনা হাল্লিদা তাইবং মপোক,সে ।

পাইবোনে তাইবং মোংমতোন্ থেংনা
থাংলোনে খোংথাং থবান য়ৌনা
শক্উনে ঈশৈ তাইবংপাম্বসে নীলহনবা
করিন্নু ওমলোইদবদা খোশাকনু বীগ্যায়া।
অরোইবা পুন্সিগী মীংকুপ্তু লাকবদা
থবায়বু ফাত্নবা থমগনি থন্নুগনু।

মীওইবা মপোকী শীদহিদাক্পী কাওফদে
"হয়াওয়ে: মুংঙাইরো তাইবং খুম্ঙোক্রো"।
অতিয়া লায়া পাইঙম্নবা তাইবংনা
থবান লিশিং য়ৌঙম্নবা খোঙথাংনা
চেক্খায়হনখিনবা তাইবংপাম্বসে নওগী খোঙ্জেলনা
পঙ্গম্ম তাইবং নহাকী পুক্নিং॥

☆ ☆ ☆

( "পাম্বু ফংলবা" )

# অরানবা চুমথোক্পা লমাই

| শৈরেং মশিং | শৈরেংগী পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ১ | ৬ | মঙৌন্দবাক্তুদগী | মঙৌলবাক্তুদগী |
| | ১১ | পখৈত্নু | পনখৈত্নু |
| ২ | ৭ | পুক্লিংগী | পূক্লিং |
| | ১১ | পখৈ | পনখৈ |
| | ২৭ | চিং | চীং |
| | ৩১ | চিংদোল | চীংদোল |
| ৪ | ৫ | চিংলম্বীসিগী | চীংলম্বীসিগী |
| | ২৮ | আসমগী | অসিমগী |
| | ২৯ | খুম্ববা | খুনবা |
| ৫ | ২ | পখৈত্নবু | পনখৈত্নবু |
| ৮ | ২৬ | তারক্লীরা | তারক্লীবা |
| ১০ | ১১ | অক্রম | শক্রম, |
| ১২ | ৬ | বাখল্লোন | বাখল্লোন, |
| | ১১ | নত্নু'দা | নতুংদা |
| ১৩ | ৪ | মরী | মরি |
| ১৭ | ৪ | খুনি | খুনিং |
| ১৮ | ২১ | খতুগী | ঋতুগী |
| ২২ | ১২ | হবাওই | হরাওই |
| ২৫ | ৩১ | চিংযাদা | চীংয়াদা |
| ২৬ | ২৬ | কম্বদগী | কন,বদগী |
| ২৬ | ২৬ | কম্ব | কন,বা |
| ২৭ | ৭ | উহবীনবগীদমক্ত | উহন,বীনবগীদমক্তা |

| শৈরেং মশিং | শৈরেংগী পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ২৭ | ৭ | পাম্বীরম্বনি | পান,বীরম্বনি |
| | ৮ | খলম্বীরম্বনি | খলহনবীরম্বনি |
| | ১২ | তাইবংপাম্বসি | তাইবংপান,বসি |
| | ১৬ | হোম্বদম্থ | হোনবদম্থ |
| | ২১ | পাম্বীরম্বা | পানবীরম্বা |
| | ২৬ | চাবা ইবা | চাবা, ইবা |
| ২৮ | ২৮ | চিংবুরোই | চীংবুরোই |
| | ৩০ | অপুম্বা | অপুন,বা |
| | ৩৫ | অপুম্বগী | অপুন,বগী |
| ৩০ | ১৩ | চিম্বাল | চিনবাল |
| | ২১ | পাম্বীরে | পানবীরে |
| | ২৭ | খুং,তোম্বী | খুংতোনবী |
| | ৩৫ | পাম্বী।র | পানবীরে |
| | ৩৮ | চেম্বা | চে,নবা |
| | ৪৪ | য়াহৌ/ব | য়াওহৌরে |
| | ৫০ | পাম্বীরে | পানবীরে |
| | ৫৫ | ইম্বা | ইনবা |
| ৩৫ | ২৯ | হুদোরম্রে | হুন্দোক্র/ম্রো |
| ৪৮ | ২২ | ঙসিদ্রি | ঙসিদি |
| ৪৯ | ২৪ | পীরাং | পীরাং |

☆ ☆ ☆

( "ম্ব" তম্বা বাহৈ খুদিংমক, "নব" ওইনা পাবীয় )